# ꯆꯤꯡꯖꯨꯝ ꯂꯥꯏꯖ

## চীংজুম লাইজ


ꯗꯥ. ꯑꯥꯏ. ꯑꯦꯁ. ꯌꯨꯝꯅꯥꯝ

ডাঃ আইঃ এসঃ য়ুম্নাম





[illegible] ([illegible])

# CHINGJUM LAIJA

A Collection of Manipuri Poems

Dr. I. S. Yumnam.




First Published- 2006

Price Rs. 95.00

Published by :
*Elizabeth Yumnam on behalf of NOHAKHOL, Yurembam, New Cachar Road, Imphal - 795001*

Printed at
M.K. Press & Computer House
Nambol, Manipur -795134



ꯑꯩꯒꯨ ꯃꯩꯂꯥꯃꯤꯕꯅꯒ ꯇꯣꯔꯂꯩꯔꯛꯂꯨꯕꯒ
ꯉꯕꯤ ꯁꯨꯅꯇꯦꯅ ꯐꯣꯇꯪꯅꯇꯦꯂꯩ ꯉꯤꯂꯥ,
ꯃꯀꯣꯝꯒꯤ ꯐꯖꯅꯒ ꯑꯍꯍꯕꯤ—
“ꯍꯤꯂꯨꯅ ꯇꯣꯔꯇ ꯫”

# রাহৌদোক

করিগুম্বদা, ঈপাক তম্লিবা কাউশিংনা থম্মোয় পান্দুনা খোনজেল খোক্লম্লগদি পনখাঙ কয়দা মোনখাংনরুরবা কাউশিংদুগী থম্মোয় মৈফমদগী অকুৎপা লৈমাই তম্না নিক নিক লাউনা চেন্থরকলিবা সনাগী মহীনা শুমহৎলবা শৈরেংগী ছন্দদা শুমদুনা নাউথেম্বীরমগদবনি শুসিগী চোকথরবা থরায় কয়াবু মালেম নাউশুমনুংদা। 'দুবু তুমদুনা লৈরম্বা থম্মোয়না তাইবঙগী তুমখুন্দা মঙলাকনরক্লুনা মঙগ্রেম হাগেম্লরকলগা লমজাও খোল্লিবা লাম্মৈগী শক্তম্লাং লাউ-খোংদুনা খোম্থাং য়ৈনা তুফাংনরকপা অঙকপা নত্তে; পুন্সিনা পুন্সিদা, থম্মোয়দুনা থম্মোয়দুদা ফোংহন্নিংনা চল্লিবা ফোংগুমখিদ্রবা, পুন্সি'মগীদি পাউখোংদুনি —"শৈরেং"।

মসিমক্তনা য়ুমফম ওইদুনা শাগৎখিবনি ঐনা ঐগী — "চীংজুম লাইজ"। তশেংনমকসু শকওং য়াম্বা মমাইসু লোংবা শৈরেং হায়বসি করিনো হংলকলগদি —"অমম্বনি"। 'দুনবু — মচীফাও মমি তমদ্রিবা তুহাও কোকত্রিবা শজী মচানা হীমালয় চীংজাও ফুক্কে তেমশিংনবগুম্নি। 'দুবু —'সিমদি খক মীনমনিংদে — ঐগী শৈরেংসু পুন্সিসিদা থম্মোয়গী পাউখোংনি। থরায় হাপ্পীবা হাপ্পীদবা অপাবশিংগী থম্মোয়গী ঈহুনগী মখা পোল্লে।

তশেংনমকসু ঐগী পুন্সিগী মল্লবা তাবুনুংদা কনাসু খঙদনা লৈকাং চাদুনা কেমথ্রগদবা ঐগী শৈরেংশিং অসিবু ফিজোল হোং মতমগী লুকমাইদা থেন্দুনা তাইবঙ কৈথেল কারকলিবা নোহাখোলগীদমক ঐগী পুন্সিনা তশেংনা লৈতাফম খঙদে—। 'দুগা ঐগী খুদাং পাইদুনা নোহাখোলদা খুৎশিন্নবীরম্বা হান্নগী লুপ অসিগী প্রেসিডেন্দ শ্রীলৌরিয়াম তোল্লপীশক সিংহ অমদি এমঃ কেঃ প্রেশকী প্রোপাইটর শ্রীমাইস্নাম কেশো সিংহ নোহাখোলগীদি ভাইস প্রেসিডেন্টনা অথুবা মতমদা লাইরিক ওইহনবীবগীদমক কাউঙম্লরোই পুন্সিসিদা।

আইঃ এসঃ য়ুম্নাম
নম্বোল চীংমাং, ফোইজীং

# নোহাখোলগী ৱারোল

ডাঃ আইঃ এসঃ য়ুম্নামনা ইবা 'চীংজুম লাইজ' হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অমা নোংচুপ হারম খোরজৈ লূপ (নোহাখোল), য়ুরেম্বমগী ৫৯ শুবা খূৎফোঙদোক ওইনা পুথোরকপা অসি য়াম্না পূক্নিঙ থৌগৎথনিংঙাই অমনি। অইবগী শৈরেং লাইরিক অসি মখল মখা কয়াগী শৈরেংশিংনা লৈচল ওইরগা পুথোরকপা পুক্নিং লৈকোল অমগী পাংখক্নি। লৈখল অমখক্তা শাৎপা লৈকোন্দি ফজবগী অয়ৌবী থাক্তু য়ৌবা ঙমদে — লৈকোলগী ফজবদি মখল মখাগী লৈরাংশিংনা কূম্নী কালেন নাইদনা শাৎপতনা ওই। কবিগী শৈরেং লাইরিক অসিদসু মরৈবাক নীংবগী, শাবী শানৌ কায়নবগী, তং তাদ্রবা খুন্নাই অমগী, অচৌবনা মচাবু ওৎপিবগী ৱাখল কয়া মচু মচুগী লৈরাং ওইনা লৈশাৎ তমহল্লি। মসি কবিগী ফজরবা সাহিত্যগী খুদোল অমনি।

নোংচুপ হারম খোরজৈ লূপকী নহা ওইরিবা অইবা ডাঃ আইঃ এসঃ য়ুম্নামদগী ঐখোয়না ফজরবা ৱারেং শৈরেং কয়া পুথোরকখিনি হায়না আশা থমজবগা লোয়ননা লূপ অসিনা মহাক্কী য়াইফবা তাইবঙ মপুগী খুয়া খাদগী নীজরি।

কুঞ্জো সিংহ নিংথৌজম
প্রসিডেন্ট
নোংচুপ হারম খোরজৈ লূপ, য়ুরেম্বম

# ꯐꯨꯜꯂꯨꯒꯤ ꯃꯇꯧ

ꯑꯣꯏꯔꯤꯕꯥꯏꯗꯤ — ꯍꯣ ꯁꯔꯨ ꯐꯨꯜꯂꯣꯡꯗꯥ —
ꯅꯨꯡꯇ ꯅꯃꯇꯤꯊ ꯐꯨꯜꯂꯤꯕꯁꯤꯡ ꯋꯔꯤꯕꯥ,
ꯁꯤꯂꯅꯊꯤꯗꯤꯂꯇꯣ ꯑꯇꯣꯡꯃꯁꯤꯡ ꯂꯨꯕꯤ ꯁꯗꯤꯂ
ꯍꯧꯕꯣꯂꯃꯤꯗꯤꯗꯣ ꯐꯨꯃꯇꯤꯊ ꯅꯃꯈꯣꯡꯁꯤꯡ ꯁꯨꯕꯨ ꯫

ꯍꯧꯖꯔꯤꯕꯤꯡ ꯁꯗꯤꯂꯔꯤꯂꯔꯤꯡ ꯈꯇꯣꯡꯃ ꯑꯩꯕꯣꯛ ꯁꯨꯛꯂꯔꯤꯕ-
ꯔꯤꯂꯇꯤꯡ ꯔꯤꯂꯅꯃꯔꯨꯗꯣ ꯁꯈꯤꯁꯤꯡ ꯁꯣꯃꯇꯂꯈꯨ,
ꯍꯣꯂꯇꯗꯤꯡ ꯈꯖꯇꯊ ꯈꯤꯗꯣꯃꯕꯃꯁꯤꯡ ꯃꯗꯩꯔꯤꯡ
ꯑꯤꯇꯊꯤꯗꯣ ꯇꯃꯔ ꯑꯇꯣꯡꯃꯁꯤꯡ ꯇꯔꯦ ꯫

ꯋꯅꯩꯊ ꯑꯣꯂꯑꯤ ꯔꯂꯅꯊꯤ ꯔꯂꯇꯣꯑꯤꯋꯣ —
ꯕꯂꯑꯤꯗꯣ ꯇꯃꯁꯤꯡ ꯐꯨꯜꯂꯤꯕꯁꯤꯡ ꯁꯣꯁꯗꯣꯡ,
ꯍꯣꯂꯕꯣꯂꯑꯤꯗꯣ ꯑꯩꯃꯤꯅꯁꯤꯡ ꯑꯣꯈꯨ ꯋꯈꯃꯊ
ꯐꯨꯃꯗꯤꯡ ꯑꯩꯔꯤꯕꯁꯤꯡ ꯈꯩꯗꯣ ꯍꯁꯊꯂꯕ ꯫

ꯑꯌꯇꯊꯤꯗꯨ ꯑꯣꯂꯍꯂꯇꯇ ꯍꯇꯤꯂꯑ ꯅꯃꯈꯣꯁꯔꯣꯡ —
ꯃꯕꯗꯣ ꯔꯗꯣꯡꯑ ꯕꯂꯕꯣꯂ ꯀꯗꯂꯇꯣꯡ,
ꯅꯊꯤꯗꯣ ꯇꯕꯣꯂ — ꯕꯨꯃꯅꯗꯤꯡ ꯇꯕꯣꯃꯨꯡꯂꯕꯩ
ꯔꯤꯕꯅꯇꯗꯤꯡ ꯑꯤꯇꯊꯤꯗꯣ ꯍꯁꯀ ꯅꯩꯇꯔ ꯫

# হীরম-লমায়

# নুংশি-চীং

তাম্না উরিবা নুংশিবগী চীংজাও ——
তাম্না তাম্নিমখৈ নঙনা ইনাক্তে
তত্তনা নীংশিংলকই নঙতবু থম্মোয়না,
তাম্না খন্দে কৈদৌনুং নঙবু
তাম্নরসু ননাক্তা চান্নবী লৈবনা।

অথেংবা অহিংগী অরাবা মঙলান্দা
চোকথরুর ঐগী থরায় হকচাংসে
নঙতবু উরগা পেনজে থম্মোয়না,
ইমীথশিনা শংশং মাবু উবগুম
মানা তত্তনা ইনাক্তা ফম্বগুম।

শিত্থাওই শিন্নাইদা ঋতুগী খোঙচৎনা
ইঙা ঈঙেন লোইদাম থা
কূপখিনি নঙদি মম্ম লৈচীন্না,
উবীদা নুংশিগী খাংঙমদা মৈচাক
খঙবীদা থম্মোয়নুংগী রাম্মৈগী মৈচাক।

হে তাম্না উরিবা চীংজাও ——
কয়ারক শান্নজখিবনি নঙতগী নতম্বাক্তা
ওইনজখিবনি ইদোম চম্মবা থম্মোয়না,
কয়াদা পেনজনা খষ্টরুবা তৌদনা
নীংলকপা খুদিং থম্মোয়গী অহকপা।

মোমোন নোকপা নঙগী মীনোক্লা ——
চম্না ঙাওজবা চম্নবা থম্মোয়সিবু
অহোইননা হেন্রদুম ময়েক লাহনখিবদাই,
শংবান্নর উপালশিংগী পবানর মচুদুনা
শেংলবা থম্মোয়গী শংবান্নর অতিয়াসে।

"নীংশিংবা থোকত্র মতমদৈ মীৎকুপসিফাও
কৎথোকখিবনি লৈজ-পুম্বা থম্মোয় ঐতগী"
'শিমত্তং তম্বিরম্মু নঙনা নাপ্পচীক্লা,
চৎখিদ্রিঙৈ নাথৈদুনা নঙসু মীৎমাংদৈ
তাম্না উরিবা নুংশিবগী চীংজাও।

২৩-০২-৯৬

# থোক্কী

কিশি ——(কিশি ! ...)
'হিংবা লং 'নিনা ...
কি চেংনা ... থোক্লবে কোম্লা।

৩০-০৬-০৩

# অপাইবা চিথী

চিথীও হে চেবাংথক্কী কালি ——
পুক্নিং ঈরৈনা রাখল-পল্লোন্নুংদা পন্দুনা,
ফোংলিমখৈ ফোংদোকপতনা ফোংঙমদনা লৈহৌরগদবা
পুন্সিগী নীংঙাইদা থম্মোয়গী পিরাংনি।

হংলক্কনু কনানা করিবু ইরিবা ——
নীংশিংহল্লী মীৎকুপশিদা ইরুরিবা মীৎকুপ্তো,
নীংশিংথোকত্র মতমদৈ ঙসি ফাওবদা
থৌদোক অমনি মাইপাকপশিংগী মনুংদা।

কুয়োমসিনা সাখিনি চিথীসিবু য়োম্লিবা ——
পুরকখিবসু নত্তে পীরকখিবসু লৈতে,
'দুবু ঐগীদমক, নঙগীদমক, মাগীদমক
খুদোন্নি মপুগী শিন্থাওইনা পুন্সিদা।

য়েন্নীং হুল্লক্লগনি খুদোলশিনা থৌগংল্লুর-মালেম ——
পাইরক্লদা ফাইরেনগী ফুইর নোংহৌনা,
নাথৈরমদুনা নাকেন্থাগী নুংশাশ্বরগী নোংলৈ
লাক্লগনি বসন্তগী হানৌ নহাসু।

য়েংউ ফজদ্রা চুমথাংগী পাউখোংসে ——
থম্মোয়নদি খঙ্ঙম্মা পুক্নিংনদি খাংঙমদবা,
শান্নরিবা ঙাওনা শজী মচাগুম্মা
কে-কু নোংজাবী শঙ্গু শঙ্গুলক্তা।

তপ্লবা খোঙথাংদা তাইবঙ থরায়গুম ——
ময়াই কারবা লেপ্পাইদ্র কোরৌহনবনা,
চেপ্লমদাই মীথচিনা চিংনা য়েংদুনা
মালেম খোন্না শুম্লিবা মীৎকুপসিদনি ...

পুবিরগনু হে তাইবঙ মপুও ——
অঙানবা লম্বীগী অমম্বা তাইবঙসিদা,
য়ৌননবা য়ৌঙমদ্র পাক্ল ঈপাক্তো
তেংবাংবিয়ু নঙনা খুদোংথিবদে নাথৈঙমদ্রবা।

নঙবু খঙদ্রমাল্লে ঐসে কনানো ——
ঐহাক নঙবুসু মাবুসু য়ারৌরুদে,
তাইবঙগী অতিথিনি ঐখোয় ঙম্নমক
মীনম্বীর মচাশিংও ঈবেনধৌ মাত্তগী।

ফোংঙমদবনা নুংশিবা মহাকপু থম্মোয়সিনা -
নুংশিরুবনা অখাক-লৈত মহাক্লা নঙবু,
খঙঙি মহাক্লা করিনো 'নুংশিবা'
কদাইদগী ঈরৌরকই করম্না লোথখিগনি।

ফোংদোকই মহাক্লা অরোইবা চিথীদা ——
নুংশিবদি শুরগী ঈপাক্তা তাওজবা,
নৌরেল য়াওদ্রবা অপিকপা হীনাওনি
মতমগী কল্লবা নোংলৈবু কীজবা।

করিগুম্বদা নঙনা মাবু য়ারৌরবা ——
য়ারৌদবা ঙম্মোই নঙবুসু থম্মোয়না,
মাগী মীনুংশিগী মতেংননি পুন্সিসিনা
পাংবা ঙম্লিবা নঙগী নতেং।

অপাইবা চিথীও পাইখো পুদুনা ——
থম্মোয় পাউদমসে থম্মোয়-ফিথুপ ফাওদুনা,
চুখৎলম্মু লৌশিং-মৈরা মায়াগী তাইবঙদা
ফংননবা লম্বীদো অমম্বগী মৈখুলকসিদা।

২৯/০৭/০৩

# থম্মোয়গী বিনা

খোংঙু হাদা চেক্লা অপীখক ——
নঙগী মেংলবা মীর খোনজেন্না,
হাপ্পরো শুর থম্মোয়গী বিনাদা
থেংলবা অহিংগী মেংলবা থাবলসিদা।

মৌনর্বত হৌরক্লে উপাল-ৱাপাল খিবীকসু ——
লুপা মচুগী ঈন্নফিনা কুপ্পদুনা,
হৈমুন ফারবা হৈরাং কীষ্থরদুনা
থেংলবা অহিংগী মেংলবা থাবলসিদা।

থাজ থৱালগী খোঙবুরোই তন্দলসু ——
ফাজীনবা শুম্লকত্রে ৱামৈগী মৈরী,
চাকখৎলক্লবদা মুৎথৎলক্লে খপ্প খপ্পদুনা
থেংলবা অহিংগী মেংলবা থাবলসিদা।

লোৎঙমদনা হাইদোকখিবা থম্মোয়গী মাইখুমফি ——
হুদুনা পুখ্রবদনি লৈকারক্তে লৈনমসু,
য়েল্লক্লে শিনখুংনা মালং-ঈপোম্লক্তা থাবম্লেনা
থেংলবা অহিংগী মেংলবা থাবলসিদা।

অয়ুক নুংথিলদা মঙলাক্লরুর মকুসু ——
শিহ্বারক্লে শিল্লম শিহ্বা শিল্লাংদুনা,
মীপাইরদুনা মঙফাওনরক্লদ্রা তাইবঙ কনানা
থেংলবা অহিংগী মেংলবা থাবলসিদা।

কোংয়াং চৈসুগুম য়াতারম্বা তাঙজও ——
চেষ্থরক্লত্রা নঙসু চীংজুম লাইজও,
তথত্রিবা লিক্লাই পরেংগুম তনিক্লা
থেংলবা অহিংগী মেংলবা থাবলসিদা

খোংজুকো নঙবু হাদা চেক্লাও ——
মেংলবা নঙগী মীরবা গুর,
নাউগুম্নদুনা অচৎ-চত্তা তাইবঙ থরায়দা
থেংলবা অহিংগী মেংলবা থাবলসিদা।

থম্মোয় থুমহৎনা পুক্লিং হুরিবও ——
শকখো ঈশৈ নঙতগী তাম্থাদুদা,
নাথৈদুনা হৌদোক্লম্মু তুমখুন্দগী তাইবঙ
থেংলবা অহিংগী মেংলবা থাবলসিদা।

৩০-০৭-০৩

# থম্মোয়গী তাজীন

পাইখিগদ্রা হাদা উরোক নারোৎপা ——
নমানসু নাউয়োক্ত, নপানসু নাউকোন্দা,
নমাংদনা লাং নতুংদনা তেন
থেংলবা অহিংগী থাশিগী নোংলৈসিদা ?

নাউশুম হাইরম্বা খুৎফমবু য়েংদুনা ——
তাৎ তৌরিব্রা তাথহৈরা তোকপদা,
শিবনা হিংবগী পম্বুংনি নীংদুনা
থেংলবা অহিংগী থাশিগী নোংলৈসিদা ?

বিধীগী চক্রবু ঙম্মী উত্তুনা ——
খুদুম শীংলিব্রা তাইবঙদা কর্নগুম্না,
তংলিব্রা অশিন-অয়াক পুন্সিগী মহাও
থেংলবা অহিংগী থাশিগী নোংলৈসিদা ?

তারুরবদা কোকীলগী বসন্তে মপাও ——
মৈশা ফাওরক্লদুনা অহোইনররে তাইয়োন্ননা,
মথৌসু শংলক্লব্রা য়োত্তুমগী থম্মোয়
থেংলবা অহিংগী থাশিগী নোংলৈসিদা ?

থেংনরুরব্রা ঈরোননুংগী তুম্নিবা নুঙগী-চীং ——
পোকখাইরক্লদা লৈরমদুনা মৈগী-চীং পুন্সিদা
থকচীলহল্লিব্রা অশাও লভা থম্মোয়নুংদা
থেংলবা অহিংগী থাশিগী নোংলৈসিদা ?

ঈরৈনা হামজীনদুনা নীংখাইরক্লবা তোর্বানথক্তা ——
য়েন্নিং হুনখিদ্রবা পুন্সি পামেল্লক্তগী,
নোংলৈনা হুমদোকপীদুনসু পাইখিগদ্রা নারোৎপা
থেংলবা অহিংগী থাশিগী নোংলৈসিদা ?

৩০-০৭-০৩

# মরূপ

হে লখীচৎপা লম্বেলশিদনিনা, শক্লোৎলমগনি ——
করিনো নঙনা লোৎনা থিরিবা,
খাক-লাউবে মৈঙালক্তা নদোম লোক্লুংদুদা ?

অঙৌবা ঙবোংবু ইনবনিনা, ওইরমগনি ——
অমকপদা তীন্দ্রবা অমম্বু তাম্লুম্বা,
থৌজান্না থল্লবা থরায়গী 'থুংলেনশঙ।

খোঙদা খুরুমবু তোংলিবনিনা, লাম্থোক্লমগনি ——
মহাসাগর ফাওদুনা তীংখঙ-তুম্বৌগী চীংমাইসু
চৎননবা লৈকংলাই লৈঙোই-ফুরা থুগাইরদুনা।

ওইথংবদা গীতাবু কোল্লিবনিনা, খোরক্লগনি ——
তাংলবা কোক্তোন্দগী কোরৌগী মঙাল,
য়ৈরনবা মায়াগী তাইবঙ ফম্বাকথক্তা।

য়েৎথংবদা চৈসুবু পাইরিবনিনা, হোইরক্লগনি ——
অচুম্বা থিরিবশিংবু থিরিদুদি খঙদনা,
অচুম্বে শঙ্গোল্লুং য়ৌদ্রিফাও দীনবনধুগুম্না।

ঘড়ীনা খুদাং-পীফমবু নাইহল্লিবনিনা, তাক্লিবনি ——
হল্লক্লমগনি ময়ুম শৈথারদুনা মপুই-কোল্লোইদো,
পুরদুনা পুন্সিগী পোৎলুম মতম-শনগাড়ীথক্তা।

চুশিন্দ্র অনোকপু উপ্লিবনিনা, উরমগনি ——
শান্নরিশিংসে মীৎয়েং পনখে রাংমদা,
মাগী মাগী লীক্লমশিংদা উন্নদনা।

খোঙ-খুৎ পান্দ্রশিংবু চীন্দম্নিবনিনা, লোম্হোকত্রগুম্নি —
লৌতুনা শরৌলাং থাক্লমগনি শাহীংচাশিংনা,
থেংনরনবা লান ধর্ম্মগী কুরু-ক্ষেত্রদা।

কোকীলগুম শৈহেকপু শৈদম্নিবনিনা, খৌগংনহলমগনি—
ইল্লক্লগনি বসন্তে শরোই ভারোইশিং,
থৈননবা লম্বীচৎপশিংবু লম্নৈমগুম্না লমদাইবুঙদুদা।

মৌশ্মীগী শৈজাথক্তবু য়াতারিবনিনা, মঙলাক্লরমগনি—
মঙলদুনা মঙ শানৌ নহাগী,
শাগৎলমগনি নুঙঙৌগী ফুরা মঙফাওরকলবা।

অয়ুক-নুংথিলদা শক্তমবু লাংলিবনা, লেংদবদুগীনি—
নোংয়াই ইতুদনা থানিন্নি থাজগী,
তাইবঙ থরায়গীদি থম্মোয়গী মরুপ্নি।

৩১-০৭-০৩

# পাউখোং

লাক্লবদা মেংলবা মেরাগী পুর্নিমা ——
লৈতাদে রাখল ফোংঙমদে পুক্লিং,
অথেংবা অহিংগী থাবলগী ঈপোম্না
চামথোক্লুনা চাকথেক্লবা চোকথর থম্মোয়নবু
করিবু পাম্নুখিনি মায়াগী তাইবঙসিদা।

হে নোংমদোলগী থাজ নঙসু ——
নতারোই থরাল কোতী কোতীলক্তে
করিগী লক্লরক্লি মুনা মীতারদুনা,
শান্নরিবনি নঙগী ঈথক ঈপোম্নক্ত
কে-কু — কদাইদনো শক্রোংপা শান্তি।

তম্বীয়ু নঙনা নতারোইদা নাপ্পচীক্লা ——
তমথিবা মঙলান্না মঙলাক্লদুনা তম্নবীরবা,
ঈখৌলাংল থম্মোয়না রাগে-হীবু তোংদুনা
হেকহৌরি রাখল-থম্বাল পুক্লিং-পান্তা মদোম
গোবিন্দে সন্ধ্যা আরতি নংননবা।

লোংপা হৌরক্লব্রা তান্নদুনা নোংদুম্নক্তা ——
শক্রোন পুবী থাজ নঙবু,
নাথৈরদুনা অরাবা থম্মোয়গী নাহেখোল ;
চন্নিব্রা ফোংঙমদ্র পুঙ্গিগী পাউখোং
লংলবা মাইথোংদা তারিবা মাইহিংদুনা ?

হাদা হরী থম্মোয়হৎ নঙনা ——
কাইনা ঈশৈ শক্লা শক্লা
করিগী হৌদোক্লুনা য়েংহল্লি কুম্মোসিবু,
তেংথারদুনা নঙসু মহাজুগীদমক তামখ্রব্রা
চন্নিব্রা অতাবশিংদা থম্মোয়গী পাউখোং ?

হৈখোক লোয়দুনা তারক্লবা হৈনৌনা —
অকংবা উশা হেক্রুক্লদা খঙহৌদনা,
য়ুম্বাল কাইরবা খোইনিঙ চীতেকপী
মাইকৈ খঙদনা পাইর খোংবদি
চল্লিব্রা অতাবশিংদা থম্মোয়গী পাউখোং ?

নোংঙাল্লমদাই শাৎচবী লৈনম চাওবী শিঙ্গারৈ —
লমহেল্লা লৈনম্না লৈকাই পল্লাল্লুবদি,
অহিংগী খোইমুনা লৈরিক হুখিদুনা
ওন্না থোইনা খাংবদি উফুল্লক্তা
চল্লিব্রা অউবশিংদা থম্মোয়গী পাউখোং ?

উরুবা খুদিং মীৎথুপশিং ফাওদুনা —
তারবা খুদিং নাখলশিংনা খন্দুনা
ঘী হৈজিনবনি অচাকপা মৈরীদা,
মীৎনহাশিংসে কোৎথোকপিব্রো নাখলশিংসে ফোইদত্তুনা
চনবিরগনু কনানসু থম্মোয়গী পাউখোং।

অপাম মৈখুনা মমশিলহল্লবা মালেমসিদা —
থাজবনা থৈখ্রদুনা নুংশিবনা তামখ্রবদা
থম্মোয়শিনা করম্বা থম্মোয়দনো চনগদবা,
থম্মোয়তগী চনবা থম্মোয়তনা ফোংবা
থম্মোয় থম্মোয়গী থম্মোয়তগী পাউখোং।

০১-৮-০৩

# ঙমাং লীলা

তাইবঙ ফম্বাক লীলাসিদি —
লান্নি — অমম্বা অঙানবগী,
অমম্বনা শৈতানগী মমিনি
অঙানবনা মপুগী মুক্তিনি,
মশিন্নি মাংহনবনা অমম্বগী
শিঙ্খানি শেমগৎপনা অঙানবগী।

নোংমতং ওইবা থাশিনা —
কুনমাপন্নিগী মপু পুর্নিমাগী
তগুপ তরেংল থরালশিংদা
মায়াগী লাং থাকুনা,
তংহল্লি অমম্বগী মহাও
লাইচুহল্লি অমম্বগী নেশাদা।

নেশাগী ঈপাক্তা তাওদুনা —
তাইয়োন্নরকই তাইবঙ কুম্মৈসু,
শেরান্নহল্লি মপুবু মনাইগুম্না
য়েক্লববু শান্নরকই মরূপকুম্না,
খোইদারকই অথা অরাক্তবু
তীল্লাংনরকই তীঙ্খোকমকসু রাতীনগুম্না

নোংমপানবগী থাজনা ঙালহল্লসু —
উঙমদে অঙানবগী পোৎশকশিং,
মশাগী মীৎথুপশিং ফাওদুনা
অহোইনহল্লি ঈশিংগী খোংজেল,
কংথ্রদুনা ঈগী ঈচেল
নকশিলহল্লি পুজিগী পম্বুং।

পঞ্চমীগী মশেক্না য়েবদা ——
ফাওরকই মৈশা মঙালগী,
হৌগৎলকই মায়াগী শৈজাথক্তগী
য়েপশিনবীখি কাংখল-মচী মোমপাকখাদা,
কাংখলগী মানা চুপশ্রবদা
তারক্লে শৈতানশিংগী নোক-খেবা।

উরক্লে চোংথোকহৌবশিংনা থাজ-থানিল ——
খঙলক্লে এঙ্গল মশিং,
মিংশেন্দগী থক্তোরকপা মঙাল-মশেক্কী
অচুম্বা এঙ্গল মশিংদা,
শাগৎলক্লে মপুগী ফুরা
নোংখন্নরক্লে নোংলৈগী পত্থুং।

থুগাইদুনা মপুগী খুৎশেম ——
রাশক ঙাকপা শকই,
মোমোন মীনোক্লক্তা শৈতান্না
খঙজদনা মপুগী লাল্লোং,
"হায়বা ইন্দ্রবশিংদা চৈরাক
খঙহনবনি, ফংহনবনি, লাম্থোকহনবনি।"

লীলাশিংদি শুমাং লীলানি ——
চংবা থোকপা অনীগী,
লমদল্লম্বা মীৎকুপকী থৌদোকশিংনি
অইবনা থোকহন্নিংবতা থোকহনবা,
পুনিংবতা পুবা পরিংদা
মশামক্কী শক্তাক রারীনি।

'০১-০৮-০৩

# মমিগী তাইবঙদা

ফোটো — চেবাংথকী মমি —
আশানি শান্নরিবা কাউশিংগুম্ন,
ম্নাখলগী লেপ্নাইদ্র ঈরৈলক্তা
চেম্বরিবা পুক্নিংগী ঈপাকতম্না।

হে নুংশিবা নঙনা —
ওইবীয়ু পুন্সিগী আশা,
লমজিংবীয়ু ধ্রুব তারাগুম্না
থামম্নবা নোংলৈগী অহিংসিদা।

হে আশাগীসু আশা —
পুবিয়ুকো লমথুংফম তাল্লিবা,
হীনাওশাবা য়াওদ্রবা হীহোনবসে
পাক্লবা পুন্সি ঈয়াইথকসিদা।

পাখংবা থৌগল জগোইগী —
খুৎথেক্লক্তগী শাথেক্কী মমিনা,
তম্নবীদুনা ককঙাওননা শংজীনবীররে
অঙৌবা থম্মোয়গী চেবাংথকসিদা।

অহোইনহল্লি জেরো বল্বকী —
তেনজৈনা ককথর ককথরদুনা,
ঙাংলৈনর কাংখল ফিজংলৈরাং
হেকথরি বসন্তে য়েন্দাইনুংদা।

হৈখোক্তগী হৈখোঙ য়ৌদ্রিবা —
হৈমুন ফার কম্লাগুম্নবা,
থজাইথক্তা থম্মোয়না পেন্না
কয়ারক্লি ...। ...

কয়ারক্নি থম্মোয়সে পেন্না —
শান্নখিবদো — কে কু ...,
পনথাংননা চোইজাইনরিবা লেংজুমথক্তা
শম্মাংলক্কী শজীবুই লৈহাওরক্তা।

কয়ারক্নি থম্মোয়সে পেন্না —
পান্না মচুগী লীপশতিক্না,
শান্নরিবা তবারবা চীনবানথকসিদা
শংজীল্লিবা থম্মোয়গী লীপশতিক্না।

শত্রুদুনা নাতোন নাকচীগী —
তোর্ব্বাননিগী শুংদাইগী শিড়ীদুসু,
থরক লোক্কী তক্কমান্দুসু
তত্তনা তাইয়োন্নহল্লে থম্মোয়সে।

ক্রোক — ক্রোক — ক্রোক —
১০ — ১১ — ১২ ...
তক্লিবসে য়েংঙউ কটাশিনা
য়াহৌরক্লগনি য়াহৌ ঙনবীসু।

ফরে চথলো তুমলুরসি —
হোৎনরনু লোথশিন্নবা কলমসে,
পুরক্লোদনা পামজবা মতেক্তো
নত্তে — দুসু নত্তেনে।

ফোংলেকো মীৎনহাসিনদি মনুথসিদা —
ওঃ ! মদুসু নত্তেনে,
করিগীনো হৌজিকফাওবা খণ্ডদ্রিসিবো ...
কাউজিন থিনসু কাউইদা।

লমতা পুর্নিমা অহিংদুদা —
নোংনা ফুদিং ফুরিঙে,
ইন্না ইন্না ইনশিল্লকখিবা
হঙ্গামপালগা অঙাংবগগী কাচীন্দগীদুনিনে।

য়েংউ ফজদ্রা খৎনরিসে —
হঙ্গামপান্না হায় — হেল্লি,
অঙাংবনসু হায়রি — হেল্লি
নঙগী ঐগী থম্মোয়নিনে।

'সিদসুম করিগুম্বদা তুমসিল্লবদি —
করি ওইরক্লি খঙলব্রা,
নোক্কনবীসিমা — নোক্কনু — নোক্কনুনে ...
ওঃ — ফৈ-ফৈ — খঙনি ...

ঙাইখো — রামা হায়খিগে —
নীংশিংলক্লে — নোংমা ঙসিগীগুম ...,
পুমচোৎ চোৎল মতেকশিনা
ইল্লগা তুমখিবদো নুমীত্তুদা।

নীংশিংলুবদা — মীৎকুপ্তো মীৎকুপসিদা —
তুমব্রা ? পাংথোকও — নমীত্তো ...
সে — পাংথোক্লোবা নমীত্তো ...
হায়খিবদাই — থুংহনগনি অপাম্বদুতা।

কদাইদগীবু শীন্থরক্লিবা হুমাংমরীকশিং —
নোংঙাল্লমদাই লীক্লাগুম লাইবক্তুদা,
মীৎকুপশিদফাও লোৎলিব্রা থম্মোয়নুংদা ...
পুন্নমক মীনম্বনি — মীনম্বা।

ৱাংলা হীমালয় কাদুনসু —
শুক্ল লোকুংদা কুমদুনসু,
মফম খুদিং চৎতুনা
ফংঙম্নোই থম্মোয়সিগী নুংশিবদি।

হোইনে অদুমাইনা য়েংলকউদনা —
করিগী কনাগীদমক লোৎলিবা,
য়েংশিন্নদবা নঙগী মীৎয়েংদুনি
ঈখৌ লাংলিবসে থম্মোয়সিনা।

করিবু লৈরিবগে মালেমসিদা —
মুৎথৎন্নবা চাক্লিবা থম্মোয়সিবু,
চৎথিবা য়ারোই নাথৈদুনা
য়েংউ — সে — সেবা ...

এঃ ! করিনো ! ঙাইখো —
থাংলিবা খোঙথাংদো লেপখো,
তাইবঙ নত্তে মঙলান্নি
মঙলান নত্তে তাইবঙনি।

তাইবঙ মালেম ফম্নাকসিদি —
মরিচীকাগী লৈঙোই সেক্তাদুনি,
ৱাখল নোংলৈনা হুম্বদা
উফুলসু পল্লি তীংখঙথক্তুদা।

তুমখুন তানবদা মঙলাক্লরিখক্তনা —
ফমফম অমদি ফংই,
উজাওদুগীনা উখাদা উরুম্নাং
থৱায়বু মনতিক্লরুদনা থাগোনজে।

খণ্ডদে — মমিগী সংসারদদি —
ফংঙমদবা লৈতে অনীংবশিং,
তাইবঙ ঈপাক্তদি ঘীনি
মৈরানবীসুনি মমিনা মৈরিগী।

তাইবঙদা তাবা মমিদি —
মাগী তাইবঙদা পুখিনি,
থম্মোয়নুংদা হকস্রবা মমিদি
চীতাই মৈরিতনা হুখিনি।

০৪-০৮-০৩

# মালংবদা

পুন্সি বসন্ত অয়ুক্তা —
য়াহৌদ্রিঙৈ য়াহৌথেংবী নুমিৎলৈনা,
য়েলরে লৈখোং য়ৌদ্রিবা
শিঙেল লৈনম শিঙ্গারৈগী।

লীরি হুম্বা মালংবও —
য়ৌঙমদ্রবা লৈত্র খোঙচত্তুদা,
শিঙেল লৈনম্বুদি শিল্লাংলি
শিম্বুংনা মালেম লৈকোইপুঙদা।

থম্বীরমগনু থম্মোয়দা থীংঙমদনা —
ওমদুনা চাক্লিবা নুংশিবসে,
পুবিখ্রো থম্মোয়গী ফিজোলসে
পামজদ্রে শিন্নবিরম্মু মপুদুদা।

হে বসন্তগী পাউমীও —
পুরদুনা নওগী চীথিখাও,
থেন্দুনা থম্লিবা নুংশিবশিনা
থেমলুরো নীংঙাইচাওর থম্মোয়দো।

অপাইবা লৈচীন্না তামখ্রবদা —
রাখল নোংলৈনা থুপচান্ননা,
পুক্লিং লৈকোল চংলুদুনা
থিরুরি থম্মোয়গী অপাম্বা।

হেক্লি য়েন্দাই থল্লা —
মচু কয়াগী লৈরাংলক্তে,
থম্মোয়না নুংঙোনজবা মচুগী
খোইদাজর শিঙেল লৈরাংশিংবু।

লেংলিবনি — অহৌবা লৈরাংনা —
লোইশিল্লগদবা অরোইবৈ শিঙেলদুনা,
পুন্সিগী তথ্রবা লংলাশিদা
মচা খাইনা অমমমতা।

শরৎ ঋতুনা তামথ্রদুনা —
খোঙদারক্লবদা ফাইরেনথানা মালেমদা,
মপুগী শিঙ্থা তুংইন্না
লোইশিল্লক্লগনি কুন্দো পরেংসে।

লৈরাং কোঙ্গোইনি — নুংশিবগী —
হুকলুনবা নুংশিগী ওকশমদা,
রাখলগী কোঙ্থৌরিদা কিদুনা
পুল্লিবা পুক্লিংগী উচুক্তা।

শান্নহল্লগনি লৈকংলাগী মরিচীকা ···
লোৎহনগনি সাভানাদা কে-কু ···
শাগৎকনি থম্মোয়নুংদা তাজমহলসু ··
ওইরবনি মালেমসে নুংশিবগীদমক।

হে নাকেম্থাগী নাপেৎ —
জোটা-টার কেম্লক্র নাখলশিং,
চীংমাই খোন্না হুমদোকখিদুনা
অশং ফিজোন্নহল্লি পুক্লিংদা।

ককথৎপীরো নোংলৈগী কাটিদুনা —
কুপ্লিবা মল্লবা ফিজোলশিসু,
থম্মোয় লোক্লুংগী নুঙদুমথক্তুদা
উননবা শক্তমদো — শান্তিগী।

'সিমসু তথীরম্মুকো তাললুম্বা —
রাশকখিবগুম হৌখ্রবা মপোক্তা,
রাশক্লরশি হন্দক মপোকশিদসু
থুংনরুনবা হয়েংমুক্কী মপোক্তুসু।

'দুবু — হে মরুপ্লোই —
নক্তি নকশিল্লুনু মনাক্তা,
আশাও নোংথাংনরক্লবদি করিগুম্বদা
কাথেক্তুনা কেমখিগনি থম্মোয়সিগুম্না।

০৬-০৮-০৩

# ভক্ত

ঈশ্বরগী মনাইনি পংকোৎ
উহৈ য়াহৈতা চাই,
অহিংদতা তুমখুন তাল্লি
মহাকপু থিবনা শিষ্যানি।

ব্রামহন বর্নদতা পোকই
অচুম্বৈ তেনজৈনি য়ুগশিংদা,
ভজপুত্র মনানি পাপ্পীশিংদা
মহাকমক্কী শাদোংনি মীয়মলেন্দা।

গীতানা মাগীদি খুৎলাইনি
খোইথুমল য়াহৈনা মন্ত্রনি,
মকত্রবা লমচৎনা ফিজোন্নি
পোৎথা শংলেন্নি উরুম্না।

মাত্তনা য়েংথিবী হংকোকশিংবু
লাইরেন মচালক্ত পোক্লকথিবা,
মাত্তনা নুংশিবী য়াধিকাশিংবু
মমা নমথিবীনা পোক্লরবা।

অচুম্বৈ পাম্বৈ পাইদুনা
ধর্ম্মগী থোং লাল্লগা,
পুন্সি ঈপাক লান্দুনা
ভক্তিতনা মুক্তি ফংই।

০৬-০৮-০৩

## লমন

হে নুংশিবা —
থেংনরুবশিমক নঙগা,
ফোংদোকফম খঙদনা —
ফোংদোক্লি অপেনবা,
নঙতগী নফমদা।

'দুবু — করিগুম্বদসু —
ঙম্লক্তে — মহাক্তুবু,
নীন্দা তৌদবদো
থম্মোয়না পুন্সিসিদা,
করিগীনোনে হংলক্কনু।

কীছ্বরক্কবা থম্মোয়গী —
অহোবা ফক্লাংসিনা,
থিংঙমদ্রবা পাউখোং'মনা
পুন্সিসিদা থম্মোয়সিগী,
লমন'মদি অসুমমক ···

মসিমক্কনি পুক্রিংনা ···
'দুবু — রাখন্নদি ···
লোৎঙমখিদে পুন্সিগীদি ···
হাপখ্রবনি — ভীক্কাদি,
থম্মোয়গী থম্মোয়দা।

পুন্সি অমদুগুম —
থরায় অমদুগী,
অমখক্কনি শুপ্লতগী —
থম্মোয় অমগীসু,
মকত্রবা নুংশিবা।

করিগুম্বদা হাপগ্রবা —
ভিক্কারিদা ভিক্কা,
পুক্নিংগীদি অহকপা ...
লৈতে অমমুক ...
হাপ্লনবা খৌবুনাইশিংদা।

কনাগুম্বনা তিংথোরক্লবসু —
পুকহাপলবৈ খুৎ,
শিহ্যানি পুন্সিগী,
নুংশিবদি পুন্যানি (অচৌবা)
মীনুংশিদি পাপ্নি (অপীকপা)।

নুংশিবনা মীনুংশিবু —
উনা উনা ,
খঙনা খঙনা ...
নমহৎপা ঙমদ্রবা —
তোনশিল্লবনি — শিংঙমদ্রব'মা।

শিংবা ঙম্লদি —
খুলং লমন্নি,
পীবা ঙম্লদি —
মতেং পাংলিনি,
তেংবাংনরিবা তাইবঙদা।

২২-০৮-০৩

## ৱাকোল্লো

হীদেন তরেৎকী ঈতীনফম —
পুক্লিং য়াইপল পাত্তা,
কম্বোং হুপ্পৌ মরক্তা
ঙারম তরেৎ থেম্লিবী,
য়েংউ — লোং খোল্লিবীসে।

নারক্তা শাৎপী লৈরাংগুম —
নাইতোম তাবা পোম্বীগুম,
মতারোই কনা তাক্লমদা
মদোম তুমিন্না খোল্লিবদি,
করি লেম্নৈনো ফারিবা।

নোংজাবী মপৈ মপৈনা —
লক্লরিসিসু মীৎচিনা মীতারুদে,
পাইরিবা লৈচীল মফোন্না
তত্তনা তম্নরিসিসু থৌশারুদে,
নাচুংলুদে চুমথাংগী জাগোইসিসু।

খোইনিং লাবা অমোম্না —
তেৱা উফৈথক্তা চীল্লোক্লদুনা,
চন্নরিবা পাউখোংসিসু মীহৌরুদে ;
পুক্লোইবা তেন্নৱা শঙ্গুনা
নীকথরক্লিবা হৈরাংশিংসিসু খোইরাংলুদে।

পুর্নিমা থাজে মীৎচিদা —
লৈনম চাউবী থাবল্লে,
শিঙেল ইন্দু শিঙ্গারৈ
লৈনম্না লৈকাই পল্লান্দুনা,
শারিবা জগোইসিসু খোইজংলুদে।

শজীবুই অথাক অরাওগুম —
খগুহৌদনা হৌরকপা নোংলৈগুম ...
ফোইদভুনা হুম্না মালংবনা —
কোকশেংকী ফিজীদা চীংলিসিসু
নমহথলি পুক্লিংনা পুবরোমদা।

হাংলম্বা ভালবনা খুমজিনখ্রবদা —
অমম অগুানগী লংদাইদুদনি —
"শরী লীথসে শরীলিথসে ...
শরী ফাসে শরীফাসে ...
রাকোল তনোই নোই ..."

২২-০৫-০৪

# খোঙচৎসিনা

হে মতম কৌবী লাইরেম্বী —
নঙগী চৎলিবা খোঙচৎ অসিদা,
হোংলক্লিবা অনৌবা ফিজোল কয়ানা
পুরক্লি অহোংবা কয়া কয়া
পুরক্লি অনৌবা আশাই য়েন্নিংসু;
অহিংবা থরায় কোতী কোতীনা
শারি জগোই থেক্লা নৌনা,
পুঙগী পুঙলোন চোল্লোমগা চান্ননা
শক্লি ঈশৈসু তান্থা চানা,
শা --- রে --- গা --- মা ---
খুবাক খুরি পেল্লবা হংলাইশিংনা ;
তাউথরক্লিবা লশিং কাপোল কাপোলশিং
পনখাংদা পল্লোন্ননা ঈরোননুংদা লুপথ্রে,
লৈখাদা নীংঙাইদা তুমখুন তালম্বা
নুঙদুম চীংজাও মপৈ মপৈশিং,
চেন্না চোংনা শান্নরিবা কাউশিংগুম
কোইতাও তাওরক্লে ঈথক ঈপোমলক্তা ;
হামজীন্দুনা কীহ্নরক্লিবা তোর্বানথকী শিংনাংলক্তা
পাউখোং চন্নরি শনম্বা শনম্বী,
মোল্লবা লশিং মফোনসু কাওথ্রে
তান্নদুনদুম ফারি নুঙজাওগী হীজাও,
থোৎলবা খুবামনুংদা থম্নবসু হোৎনরিবা
অকন অরিং শিংবদুনা নীংথৌদুনি,
ঙক লল্লোন্দুনা সেন্নাপতি ওইরিবনা —
য়েংহে য়েংহৈদ্রেশিংবুসু য়েংনবতা হোৎনজে,
তাহে তাহৈদ্রেশিংবু তান্নবা তান্নরি
চাহৈদ্রে চাদুনা চৎহৈদ্রে চৎলুবৈনি,
থরো মারো ওল্লিবা কাঘ্রুমও
লোংমদি চৎথ্রগনি শীক্লমদুগী রাংমদা,
কল্লবা শাফুলক্তা হন্নমক্তা য়েংঙমদনা —
'দুবু — হে মতমগী লাইরেম্বী —
ফমেনথকী অনাবশিংনা খাংঙেনফম য়ৌদ্রিঙৈ
হাংদোক্লসি নঙগী খুম্লিবা মাইখুমফি।

২৮-০৬-০৪

# কৈদনো মৈতৈ কবিরাজ

তম্নালাইশিংগী — হে অমাইবা !
নঙগী পাউতাক তুংইন্না,
নোংদুম্নক্তে নাথৈদুনা নংথরকপা
মালেম লৈদবু চূদ্রিবা,
শনম ঈনম কোকত্রিবা
লাইজ ঈরিক ঈরেন্না,
কোরী চফু ঈশাইফূনুংদা
কুমজা কুমশিং কুমওল্লদুনা,
অফক কুরাঙ থাংলগা
ঈশাইফূদগী পাথোরকপা ঈন্নিনা,
ঈশা ঈরাই থরাইরে
চেংপোৎ হীবোৎ কত্তুনা,
চবান নুংবানসু থাদোক্লে
হনবা কৌবদি মরৈত্রে,
করি লাইয়ে লাইচৎনো
উনবী পুক্নিংসু নুংঙোদ্রে,
লোইবী চীংশাংসু তুমখ্রে
মীৎয়েং খৈনবু শাংখৈবীয়ু।

হৈবী হৈরাং হৈমুল্লে —
মরু ফুকপদি রাগনিয়ে,
তরু তরুগা তুম্নকনি
তুম্ন তুম্নগা তাকখিগনি,
চারোন শুরোন চংগনি
রারুবোপ নুংলুবোপ কাইখিগনি,
তু খোং তেংলখিনি
পথাং নাইথাং নাইখিনি,
পুকোক পুথাংসু পুরখিনি
মাংলমচৎ তুংলমচৎসু শাগোন্নরকখিনিয়ে।

সে সে তাউসে —
লারোল লাথুপ কাংলোসে,
ঙসি-কোরৌগী ঋপাউবু পাউদমগে
হয়েং নোংগীসু পাউখাইগে,
'হৈ-হে হৈয়া হে —
লৈপুঙনা পুঙবগুম পুঙঙোহে,
লাইরেন লাবা য়াউওল্লো
টুবী শেনবী য়াইবিও,
হৌরো হৌরো য়াহৌরো
খীঙ খীঙ খীঙলোহে।"

খঙলুদবৈ পংহায় হায়বনিদা —
উরুদবৈ পংলৌ লৌবনিদা,
পুঙফম্না অদুক শুদবনা
থুপচান্ননা ঙাইহাক থুপ্পনি,
মৈতৈ কবিরাজসু লাকখিনি
শুমাং থেল্লোং থোল্লখিনি,
য়ুমজাও-লাইখলগী তুম্নৌবু শিল্লখিনি
শাইজীন শাইয়া কক্লখিনি,
সনা শঙ্গাই শঙ্গারখিনি
শঙ্গোই লুক্কোইসু তেক্লখিনি।

২২-০৭-০৪

# ঈচেল'চা

হে চেস্থরিবা ঈচেলও —
লমমখাংদা পনখাং নাইদুনা,
ঈশিংপা মানবু শীত্তোকখ্রবা
ঈপাক য়ৌঙমদ্র ঈচেলদুবু,
ঈচেল কৌবা য়াত্রা
পম্বুং ফংলবনি নীংব্রা ;
মান্নবা মরক্তা মান্নদনা
খেৎনবা কয়া তাক্লুনা,
শক্লোন য়াম্বা খোঙচৎতা
অঙম্বদে চেস্থরক্লিবা — ঈচেল'মা,
তরু তরুবা ঈহৌফমদনা
ঈশং-ঈনাং-থাং ঈপাক তম্লিঙৈনা,
ঈপাক পম্বুং তম্নকান
ঈরৈলক্কী লৈঙোই মকুপশিং,
কাইহৌদুনা হায়নরুবা তৌদনা
তপ্না তপ্না ফমথখি,
মুল্লবা তীনফা কাকফৈনা
মীহৌরুদনা মদোম কেনখিগুম্না,
হংচিৎ মকাসু লামজৈ
থম্মোয়দসু কিশি নাইয়ুমলুদে,
ফিজিদা ফিনাদা য়াল্লকখিবৈ
অহোইনদুম মোমোন নোকচৈ;
হৈথ্রদুনা তামখ্রশিংদুবু মালহৌনা
চাওথোকচবসু পোকই থম্মোয়নুংদা;
খুৎথেক শাথেক তম্লিবা
পাম্বৈ লৈত্র জীবশিংবু,
নাউয়োক নাউথেম নাউগুম্বৈ
পোৎথারিবসিনা ঙাইরিবনি দোল্লাইরেংবুসু,
হুল্লাললুনবা মপুগী সঙ্গাইদা
নীরুনবা অহকপা থৌগাই।

২২-০৭-০৪

# চৈখৈদুগী ৱাংমদা

চৈখৈদুগী ৱাংমদা —
পনখৈমা লাল্লবা,
পন্দুপ'মৈ শৈহৌনি
শৈরোইদুদা শৈদিন্নদ্রিঙৈ,
শিল্লমদুদি শিঙ্থাগনি
শিঙ্থাদুসু শিল্লাংগনি,
নোকউ নোক্কনি
কপ্পু কপকনি,
অৱা নুংঙাইনি
পুক্সি ঈচেলগী,
তোৰ্ব্বান অনিদুনি
ঈচেলবু পুৱিবা;
পাংদবৈ হায়বনি
অৱাবতনা শিঙ্থানি,
পংলুদুনা খনবনি
নুংঙাইবতনা পুক্সিনি,
অৱাবতনা ঙালহল্লিবনি
নুংঙাইবগীসু মঙালদো,
নুংঙাইবনদি মমহল্লি
অৱাবগী নুংশকপু,
য়েৎনা য়েৎনদুনদুমসু
খঙহৌদা লেপ্পরনি,
ঈচেলদুগী ঈপাকথক্তা
শুংদাইদুদনি ঈতীনফমগীদি,
উবা ফংলকই
খেৎনবদুগী মান্নবা,

মশজ্জুগীদি নুংশজো
লৈইদুতবু লাল্লবদা,
অরাবদুসু নুংঙাইবনি
নুংঙাইবদুসু অরাবনি ;
শং-শং চোংথোরকই
তাইবঙগী খোঙলম্বী,
সাক্ষি ওইরকই
খোঙ্গুলথক্তা লেপ্তুনা,
মায়াসু ছায়ানি
ছায়াসু মায়ানি,
চৈখৈদুগী খুদোম্বীদুনা
থিন্দুনা তাক্লিবনি,
মনজুনরবা ফিজোলদো
অহনবা ফিজোলসিসু,
পীওম শুক্না
তম্নরম্বদুনা মতম্বাক্তুদা,
মোমোন নোক্না
লেঙ্গোন্নরক্লে লম্বীসিদা,
হৈনা হৈনা ···
থোঙ্গাল লাল্লফাও,
হংঙা হংঙা ···
মথেম্বীদ্রে মাত্তনদি,
হুমাংদি কাংলকই
মৈশাবু ফাওদুনা।

২২-০৭-০৪

## কোম্ভৌরিদুননি

পম্ভৌ মাগীদি কোম্ভৌরি
থৌরি কোঙ্গোইনদি উচুক্তা ···
উয়ুং উচুংমাদি য়েনপুঙদা ···
কংলা শেনবুংসু —— দ্রং-দ্রং ···
রায়েন কাটিনা —— চ্রপ-চ্রপ ···

২১-০৮-০৪

# শিংলুপ্পনি

য়োকখোক নুংখোক য়ৈনতুং —
মালেম লৈময়োল নুংবীদা ···
ঔগ্রী হঙ্গেল য়ৈনতুং ···
কোনারাবসু তীং তীং, ···
শমপুবী নুরাবী থোরক্লো —
"নহুম পোম্বী শাবিগে
লাই খুবাক খুবিগে",
হৌ হা হৈয়া-হে।

২১-০৮-০৪

# তাঙোই তামহৌরে সনা'হীংবা

নুংশিবগী অঙানবা য়ুখলগী মরুমদা —
পত্থুংগী জগোইনা লৈনা লৈনা
শুরগী ঈপোমলক্তা কোইতাও তাওরি,
তান্নদুনা শান্নে নোংজাবীগী মচাশিংবু
খোনথাংনসু নীলহল্লি মালং তরংলক্তা।

'দুবু উঙমদে মুর মীৎনহানা —
থুপচান্নবা য়েক্রুবনা নাশোন্ননা মুনা,
থম্মোয় কিশি লোংখ্রৌ চিংনা,
পেনা চৈজিংনদি জ্রীং জ্রীং
লাঙোম খপ্পী খোইজেসু হাইগৎলি।

খোইরিদবু য়ান্ননা মাহাওবু তংঙী —
মরুভূমীগী নুঙফালথক্তা নুংশাই নুংথঙনা
ফুগাইরবা উৎনা খৌগংবা খাংবগুম,
ঈপাল লাংলি চেহ্নরক্লিবা ঈখেংলক্ত
লাউরদুনা মঙফাওননিং মঙলাক্লরিবা মঙলান।

খোইজাকপু উম্মাকান — খোঙ্গুন্না মুৎলতুং —
খুর থম্মোয় কাখলগী য়ুখলবু
নমথেক্লুনা ঙাল্লরে কোরৌহনবগী মশেক্লা,
সনা অহীংবনি মৈরীনা মৈরাইশ্রবা
তাঙোইদি পাইখ্রে হুম্মক্লিবা নোংলৈদা।

২০-১২-০৪

## কোম্বীরৈ

কুমগী কুম্মে কোনবী-লৈ —
শমুন্দা শাংপী শমজী-লৈ,
শজীবু চৈথা য়াওনা-লৈ,
ঈবুধৌ ফাঙোং লৈকৎ-লৈ
লমফেল পাত্তা পোম্বী-লৈ।

হাদা লৈরাং অপীখক —
থাজ থানিলবু ওমজবী,
ধ্রুব তারাগুম ভালম্বী,
লৈরাং লৈশাৎ তমলুদুনা,
শিঙেল নঙবু কৈদনো।

বসন্ত ঋতুনা লাক্লবসু —
লমফেল পাৎকী পাৎয়াইদা,
শাৎলমদ্রে নঙদি কোম্বীরৈ,
লৈরাং জগোই উখিদ্রে,
খোইমু খোম্থাংসু য়ৈরদ্রে।

লাঙোল লোকনুংদা লোৎখ্রব্রা —
লোক্তাক লাইজনুংদসু য়াতাখ্রব্রা,
কৌব্রু লেমফ্রনুংদবু শাৎখ্রব্রা,
কাংখুই গুরুং নুঙলক্তবু
নতারোই লিলী থেম্লিব্রা।

শজীবু থানা হুল্লাল্লকপদা —
চৈরাও লুকমাইদবু থেল্লরে,
নীংশিংহল্লি অদুঙৈ চাকঙাই-রারি,
তাবুনুংগীদি থাম্লিবা লৈতেংও
তস্ফা নঙবু নীংঙাইদবী।

কুমগী নোংজুনা লাকপসিদা —
শাফু কল্লবা ঈরৈনা,
হামজীন্দুনা কীম্ব্রক্লিবা লৌনম্বালশিংবু
ফৈনা য়ুংনা শান্নরিবা,
করিগী নঙনা কিবনো।

কাকয়েন কাউবা ককলাওবও —
ঈরোং ফাংনবু চেললুবা,
তপ্পবন কয়া লাললুদুনা
শন্নজীং চীংগুম্না নমথরক্লুনা,
উখা রাখাদা থুপখ্রে।

শৈহেক শৈদম শৈরাংল
হাপ্পরো থম্মোয় বিনাদা
তাইবঙবু শুমহৎলবা শুরদা,
নাউগুমবু নখুৎমক্লা হাইদুনা
শক্লরো নাউগুম-ঈশৈ চাইগোননুংদা।

"থা থা থাবুংতোন —
নচা মোরানবী পোবীগে,
পোবী শনম নম্বীগে,
হৈবোং চরোং অমত্তা
থাদরকউকো হাদা থাবুংতোন"।

১৪-০৪-০৫

# মৈত্রী

পীক্ল পীক্লবা মৈক্রেংলক্তগী
হৌনদুনা লাকই মৈরিকপী,
শম্নদুনা পুরকই মৈবুল
চুখৎলি মৈরীগী মৈজাওবী,
চাকখৎলকই ঙংল ঙংলদুনা
মৈহৌ লাংপোক নুংপোকপী।

অখাক অরাওলক্তা শজীবুগী
হুমদুনা পুরি মৈরী,
খাম্বী মৈরাইরক্লে ইমাদি
“নমাদি খ্বাং য়ৌরে,
খৌরি য়ৌরেনে ইমাবু
লৱাই শাৎলেনে ইমাসে।”

কনা লৈবগে নখোয়বু —
ঙম্নমক তুমখুন তাম্লিব্রা,
তাদব্রা নখোয়বু খোনজেলসে
হৌরো হৌরো য়াহৌরো,
থোরকউ, চোংথোরক্লো, কলহৌররো
মুথৎলু চাক্লিবা মৈরীসে।

রাংলেন পুংজা থৈব্রদি —
মৈবী মৈক্রেং মৈরাইথ্রদুনা,
উনবী উৎপুঙ ওনথ্রনি
শাকোক লানকোক থোরক্লগনি,
হুল্লান্দুনা পুখ্রগনি মোরানবী
কলহৌশি, মুলহৌশি, থোরক্লো।

ঙংদুনা চাক্লিবা মৈবুলও —
লাইজ ঈরিকসু থাওনি,
থেংলু খুদিং মৈকামশিংনি,
অওক অথোম মৈশানি,
তাঙ্গোই তারবা উৎপুঙলক্তা
মদোম মুত্থিনি মৈরী।

মৈরী মানা মুৎশ্রবদা —
উৎপুঙ মাসু ফমথরক্লগনি,
লীক্লা লাইজসু লৈতারক্লগনি
তীংথৌ পুংফাইবু চোৎলরনি,
ঙামু ঙাহৌসু খৌশারনি
নমু তাইবঙনা চীন্দম্লনি।

১৪-০৪-০৫

# থোণ্ডজাওদুনা হাংলবদা

মন্দির – মফম্নি – মাহা মায়াগী ——
থরনা থম্মী মুর্তি লাত্তুনা,
থরদি লাথলি ইহাং হাংনা
মুর্তি লাৎলবসু অহাংবদি লৈ,
ইহাং হাংলবসু করিনোমদি লৈ
পুন্নমক থম্মোয় মাগীদি——কিশিনি।

কিশি মানা চেংনা কিরগনা ——
মন্দির মাগী ময়োলদা লাকশিল্লি,
চথলিবা লম্বীগী লম্নোং তামহৌই
কিশি মানা কোমগোম কিরগনা,
মন্দির মাগী মতোন্দগী নাম্বুরকই
চথলিবা লম্বীগী লম্নোংদা লমফাংনৈ।

ভক্ত মাগীনা শেংলবা তির্থনি
হুয়ানবা মাগীসু শুক্লবা জঙ্গন্নি,
ভক্তনা উই ভক্তি বেদান্তা
হুয়ানবনা থেংনৈ হুয়ান পোৎচাও,
ভক্তনা চথলি অঙানবা লময়াইদা.
হুয়ানবনা লোথলি শুক্লবা কাখুদা,

ভক্তনা উরগা অমম্বলক্কী হুয়ানবা
নৈহত্তুনা হাৎলবা শুক্লবা কাচীন্দা,
মহাও তংলুরবা হুয়ান পোৎহাও
মহাক্তু পাপ্পীনি, পাপ্পীমক্কীসু মনাইনি,
'দুবু অমম্বা লম্বীদগী অঙানবদা
খুৎশম্নুনা পুরক্লবা মহাক্তু ভক্তনি।

লাথলিবা মুর্তিদুগী খোঙগী খুদাদা —
বলি কক্তুনা থরায় পীখম্নগ্রবা,
মীরেল মহাক্তুদি মহাকপু ফংলবনি
চৈরাক পীদে খঙদদুনা হায়বনি,
থরায় মীরেলদি তাইবঙনা ফাঙমদে
থরায়গী কুয়োম চৈরাক্কী মশক্লি।

পীক্ল থম্মোয়গী খুর কাখলগী
লাওর থোঙজাও চেৎনা খুমজিল্লিবা,
মহাক্তুনা লৈরিবসি নোরোক্কী মৈকোন্দনি
অমম্বা পুক্লিংগী কল্ল নোংলৈনা,
হুমদুনা পুরি রাখল ইপাক্তা
কোইতাওসু তাওরি থাশি থামৈদা।

ময়ি চৎলক্লে নুঙজাওশিংবু থেঙ্গাইরকপ্লা —
চেৎনা ফাজিল্লম্বা অমম্বসু নাম্থোরকলে,
মাংখি তপ্লা অঙানবৈ নুংলক্তা
খুমজিলখ্রে হাংলিবা থম্মোয়গী থোঙজাও,
পুঙঙাল ঙাল্লি থম্মোয়গী কাখলসে
পীক্ল মন্দিরনি অহীংবগীদি — থম্মোয়।

•

২৮-০৪-০৫

## য়োংমু

কোক্তোন্দনা মুসুক মু ——
খোঙদোন্দনা ঙৌশোক ঙৌ,
কয়াদি ফজরে লাইরেম্বীগুম
ফারকখিবনি নোংমাইজীং চীংদগী।

হৈমুন হৈরাং চীন্দম্লম্বদগী ——
ঙামু ঙাক্রা চারক্লে,
শাহীং ঙাহীংসু মীতারক্লে
শনম ঈনম্বু ফাওরক্লে।

খোঙথাং মখোলবু থোরকত্রে ——
লুখম মীৎনহা পাংলকলে,
হুইয়া নুংয়াবু থিন্দোরকলে
খুজিন খুয়াসু চাউরকলে।

ক্বাক ফাদুনা চীন্দম্মী ——
তোকপা শেত্তুনা মরেল্লি,
তাওবা লোত্তুনা মখাংঙি
নমু মীশা চীক্লকই।

লৈবাক পুঙজাও থিল্লকই ——
মীকোক তরেৎ খুন্দিন্রে,
রায়েল চৈরাক থৌদারকই
রাকোং শাকোং শাফোংলকই।

কৈগী শঙ কৈত্তমশঙদা ——
কৈনিং কৈমাঙ কৈনিংচীত্তা,
চীৎ চা চীৎথহৌই
ইশঃ ! ইমা শিরম্লিদা।

পুন্সিগী মথেন্নি মহাওসিসু . . .
ঈগী ঈচেলদা তিল্লকখি . . .
হরে হরে কৃষ্ণ . . .
হরে হরে রাম . . .

কূমজা কূম্মাং কূমওল্লতুং ——
লুতুং খোইবাক ঙৌরকান,
ঙসিদি শজীবু চৈরাওবনি
মথেন লুকোই থেল্লরে।

চন্দল চরাসু চেপ্লক্লে ——
হৈরাঙ লৈরাং লৈকৎলুনবা,
চৈরাও চীংদা কারক্লে
থম্মোয় মকা লামজরে।

কদাইদগীবু থোরক্লিবা উকাকফৈ ——
হৌনা হৌনদুনবু লাক্লিবা,
'শিমদি খুবোম্বু কারম্লেনে
'শিমসু পাম্বোম য়ৌরম্লবা !

শানম ঈনম কোকত্রিবকো ——
চেলহৌরগে থরায়সে কৈশুমশঙদুদা,
চেন চোংদুনা তান্নরক্লিনে
কল্লিদকো ঈগী মহাওসে।

ঙসিদি থম্মোয়না য়াজরে ——
পুন্সিসিদদি কৈশুম শঙসিনা,
শ্বর্গগী নন্দন কানন্নি
করিবু'মুক থম্মোয়সিনা মীহৌরুখিনি।

২৮-০৪-০৫

# কোরৌহনবদা

মফম কৈদনো — হে কোরৌহনবা —
নঙনা য়ৌঙমদদুনা নঙনা উঙমদবা,
লোৎনা চংশিল্লি থেক্লা খোইরসু
শুক্ল লোকনুংগী খুর শুরুংদা,
চাক্লিবা মৈরীদুই ঙাল্ল মঙালদা
শারিবা জগোইসু তাইবঙ কুম্মৈনি।

খরনা হূমখি মায়াগী নোংলৈনা —
কোইতাও তাওই ছায়াগী ঈপাক্তা,
পৈশিল্লকই মপৈ, পৎশিল্লকই ময়োল
পকশিল্লকই ঈশং, থাংজিল্লকই ঈনাং,
শংজিল্লি মচু অহোংবা তাইবঙদা
খনখি থাক্লন কোরৌগী মঙাল।

'দুবু — শক্লোৎপা হে শারথি —
অমম অঙান অনিগী কুরু-ক্ষেত্রদা,
থৌরবা নঙগী হূগী তেনজৈনা
ককথরদুনা তানখি অমম্বু অমম্লোক্তা,
তামখি ঙম্না মনাই মশেল
অমম্বদসু তীনখি, করিগীসু কৈদৌদে।

পীক্লবা থম্মোয়গী খুর কাখু —
করিগী মমহল্লি সংসারসিবুদি ঙালহল্লগা,
তাইবঙগীগুম নঙগীসু অশোনবা তাক্লিব্রা
মাগীসু খাক্লিব্রা ফমফম'মা অহিংগী,
উৎলদুনা অমম্বদগী অঙানবা নুংশক
থিন্দুনা তাক্লিব্রা লম্বী অনি ?

'দুদি — লমজীংবীরো ঙালহন্দুনা থম্মোয় ———
চৎলগে অমম্বে তীংখঙ তুম্বৌলক্তা,
অঙানবা মানা থম্মোয়দা ঙাল্লবদা
অমম্বা মাগী কাইদোংফমবু কৈদনো,
মথন্তা শাইদত্তুনা মদোম কংখিনি
তীংখঙ মাগী অমুবা হ্।

২০-০৮-০৫

## থম্বাল ১০৮

পীকন্নু পীক্ল ঈখোল মচাদো —
ঈকোই কোইশিল্লি লৈপল মচা'মনা,
উজাও হৌদে শাজাও লৈতে,
থম্বান্না পোম্লি পুম্বুম পুন্নিদুদা
ককস্তাওননা পাইরিবা খোইমুসু থিংঙমলুদে।

থেংল অহিংগী থাবলগী ঈপোমদা —
লৈশাং তমজে — থাবল্লেসু, শিঙ্গারেসু,
নোংপোক চীংখৈ ফিথুপ হাংলবদা
উফেথক্কী খোইনিং চীতুম্বসু চীতেকপীসু,
মপুগী কোলোই নীংথিবা শৈথারক্রে।

কৈরোই লৈকাই ঈখোল অচৌবদগী —
উনা কেল্লকই, উশা তারকই,
লংজা কাক্লসু মুনা মীতারকই,
নোংয়াই ইতুদা মকুদুম হল্লাল্লকই,
নোংশা কৈসু হৌনা তম্নরকই।

লিলী মাসু উনথা থাব্রে —
খোইনিং মাসু চীন্দমব্রে লংজানা,
শঙ্গাইসু কৈগী য়াথোং লোনব্রে,
ঙম্না ওইব্রে খুম্তাক লানসি
পীক্ল ঈখোল কয়াদা চাউরবা।

ফিজিনুংদা লোৎলম্বা অহিংগী লীক্লাসু —
য়াকলবা নুংশানা হৃদুনা পুন্নবদা,
মীৎকুপ খুদিং ঈহৌরকপা নোংলৈলক্ত
উফুল রাইফল্লা নীংঙাই তোজে
মর, কোকরা উপাল নাপালদা।

মতম মাগী কল্ল নোংলৈনা —
হুমদুনা পুঙমখিদে লৈরোননুংগী থম্বৌ-হেরা,
কনানসু মীতাঙমদে ঈয়াইথাক্কী খেনজোং,
মকুনসু কাইদোংলুদে তীংখঙগী লৈখোক্তা,
থোৎল মতৌদা লংজানসু য়ারেক্লদে।

পীকল রাশমন্দলগী লুর ঈয়াইদা —
থম্বাল নঙনা ফুগাইনা শাত্তুনা,
জগোই শাবদি মালং ঈপোমদা
মপুগী খুয়াদা থৌগল তৌদুনা
য়েকনবা খুদিং নমহৎলি তাকলিব্রা ?

'দুবু — হে ঈয়াইথক্কী থম্বালও —
নতারোই কয়াগা ফুগাইনা শাত্তুনা,
লৈরাং লৈনম্না লৈকারক্তে পাথোরকপদি
অশোনবা উত্তুনা পাউখোং চল্লিবা —
"খোইরাবা মাত্তগী কাইদোংফমনি থম্বাল।"

নাকেন্থাগী মৈরীনা মালেমদা মৈরাইরকলদা —
জুক্কোগী লিলীনা কংদুনা কেমখ্রসু,
শঙাইনা মুথখিদুনা পাম্বনা তাকখ্রসু
রাকচীংগী নোং ··· ঈকংথা কয়ামগীসু
নমহত্তুনা শাথলিদকো — হে থম্বাল।

০২-০৯-০৫

# নুমিৎ থা থব্রাল

থাজগী মোরানবী ——
কে কু,
ফোং ফোং
কুফেৎ কাফেৎ,
শকওং কাইদা ——
থেক্ক নৌগা,
জগোই তমই ——
তাদীং তাদীং ...

লোৎনা চিংনা ——
মোমোন মোমোন,
য়েংজৈ থাজ
থাশি পুর্নিমাই,
লেপত্রবা খোঙথাং
অনিগী খোঙচত্তা।

বসন্ত, হেমন্ত ...
ঋতু কয়াগী,
রাজ বীদ্রোইহী ——
শকওংসু কাইদা,
লেংদা হোংদা
শংত্রিক য়েংবা,
খারবা মীথয়েংদুনা ——
"হৈ!" হায়রিবা,
পাউখোং অমদি
চন্দুনা কৌরিয়ে,
হাদা উরিৎ
নঙবু নাপঙবীও।

১১-০৯-০৫

# পম্বুং মাংখ্রবা লমজেল

থম্মোয়না থম্মোয়বু থম্মোয়গীদমক থিরি ...
নুংশিবনা নুংশিববু নুংশিবগীদমক নুংনাংজৈ,
নীংজরিমখৈ থম্মোয়না তামখি নুংশিবসু
নুংশিবা মাগী পাক্ল ঈপাক্তা,
কয়া'মা চৎখি, কয়া'মসু থেংনৈ
রাখল মাগী নোংলৈনা হুমদুনা,
থুংলুই পুক্লিং মাগী হীথাংফমশিংদা
ওম্মা পুখ্রে মতমগী ঈরোননুংদা,
পৈদুনসু থনম্মী — মরোল মরোল ...
অচুম্বনা অশেংবদে থাপ্পা তামখিদুনা,
তৌশিন্নবনা তাৎকী কজেংলৈগুম থামলিবা
মাহ-মায়া করিচীকাগী শক্তম কয়ানি ;
'দুবু — থম্মোয়নদি থিরি — "নুংশিবা" ...
নুংশিবনা লময়াইদা মাংখ্রগা থিরিবা,
অঙাওবা মরক্তা মীমান্নদ্র অঙাওবনি
নুংশিবা মাদি মুৎনাইদ্র মৈরানি,
ঈরোননুংদা লুপখিদুনা চনখ্রবসু লৈরোন
কৈদনো মুৎকদবা থম্মোয়নুংদা নুংঙোল্লিবা ;
মতম মাগী হংলাইগী শক্তম্মাং
থম্মোয়না মাত্তগী নুংশিববু নমহত্তুনা,
পেম্ব্লোকপা তমদুনা কৎথোকপা পাম্নবা
থেংনগনি কয়া'মা — লমমাংনরিবা লময়াইদা,
উপাই লৈত্রদুনা পোল্লোইদা কৎথোক্লবশিং
লম্বীশিদা চৎনরিবা খোঙবু খোঙলোইনি,
পন্দ্রবা দাইদা লৈশিল্লিবা নখনি
উরু উরু ! উরু উরু ! ...
মতৌদি মানবা — মঙলানসু মঙবা —
"কোলহীঙ চাদুনা সৌজিন্নদ্রবা নং।"

১১-০৯-০৫

# থম্মোয়গী নীংঙাই

কপ্লগনু থম্মোয় থেম্বা ঙমদ্রে ——
হঙলগনু রাহং খাঙবদা রারে,
ঙাইহাক্তা উইশিললুগবা খুরবা মীৎশনাদো
পাবরা চীনবানসে কাথোক্লিবসে য়েংউনে,
লৎ-লৎ করিনো নুংগীদো ফোংলিনে ——
"ঈভ ! নঙ ঙাকখিব্রা — রাহৈদুবু,
'দুদি — খনখিব্রনে ! করিগীদি কাইগনি ——
কুন্তীনা মবুংঙো সুরজদেববু কৌজবা,
স্বামরাজগী শেবদা মতোল লোমজবসু
তাইবঙগী ফিজং লৈরাং হৎলিনি,
হীক্লা হীক্লা শিম্ভৌ তাইবঙও ——
রাধা শ্যামগী রাস লীলাদা,
লক্ষমন লৈই পল্লাললুবৈ সতি
করিগীদি চীংথরোই লৈরোননুংদা চীতাথক্তে,
'দুবু মচু কয়াই লৈকোলশিদা ——
ফুগাইনা শাৎলুকো পোমশাৎলিবা শীঙেলও,
মালং ঈপোম্না শুমদুনা পুখিনি
লৈহি চোইদুনা লৈকা কংলবদা,
কেমদুনা কংলবা খোঙ্গুল্লকী লৈরিক
মদোম তিনখিনি মাঙগী উফুল্লক্তা ;"
হে মীৎশনা —— নঙগী মীৎনহাসে
উইশিন্দুনা খাঙজু করিগীদি খাঙঙমদে,
উইশিল্লবসু উইশিন্না উদুনা তম্নব্রা
তপথৌনে নঙবু —— হে পুক্নিং,
ফাথৌনে মঙাও থিরবা রাখলসে
তুমথরো থম্মোয়ও —— হুম ! হুম ! ...
"থা থা হাদা থাবুংতোন"...
তুম্নোসে তেংথারনু — হে থম্মোয়,
কপ্লগনুনে থম্মোয় থেম্বা ঙমদ্রে
হংলগনু রাহং খাংবদা রারে।

০৮-০১-০৬

# খাত্নগী খোঙচৎ

ঈচেলদুগী ঈরৈনা পুথরিবনি কাউশিং ——
ঈচেল নঙগী খোঙচৎনা লেপত্রিঙৈ,
শাখো জগোই কাউশিং নঙসু
'দুবু — কীহ্নরক্লনু ঙমদে লৌনম্বালশিংসে,
খাঙঙু কৌনাও — লাকখিগনি বসন্তসু ——
য়েংঙু তমথিদ্রা লাইজ ঈশিংসে,
খৌগংবা কোক্লুবে ঙকশম মেৎলরিবনি
চেকশিললু থুংলরনি তুজোম্বা তীনখাক,
করিগীসু ঈনাংগুম পত্নুনা তাওগনি
থম্মোয় খঙনা পুক্লিং ফাথরবদা,
ঈঙা থাশিগী অমম্বদা তিনখিনি
ঈঙেন পুর্নিমাগী নোংমপানবসু থুংলরনি,
দাকফমদুদি কাউগনু ঝুল্লোন নোংজুগী
তর্পনগী শন্দেশতবু মবুক পেনখ্রবা,
শাৎকাইরক্লগনি মেরাগী পুর্নিমাগী থাবল্লে
শনবী শন্নাওদসু শিবিরনি শান্নরৈ,
ফৌগৈ পৈরনি লমজাওগী উচীফাও
কম্লাক কুরু কারক্লগা উল্লেন্দা,
মোমোন থিন্দোরজ্ঞনা আশাগী য়েন্নিং
নমলুগনি খুবীনা আশাগী শিন্দুর,
লাউ খোংদুনা চেনখ্রগা
তোপ তারুনি চীতাই চীথক্তা,
ঙাইহাক অরা পোৎথাবনি উরুমদুদা
মীৎকপ থোরকপদা ঙাইরমগনি হীনাও,
থিন্দনা হল্লক্কনি লাহ্বোকলুবে বৈতরনি
থা থরালগী খোঙচৎ তুংইন্না।

০৮-০১-০৬

# রাশি চক্র

রাশি চক্র — লুতোনগী চক্র —
নোংদম্বগী অফোংবা চিথীনি জীবশিংদা,
ভাইহাক লমদম্বম্বা থৌদোকশিংগী পাউদম্নি
পোকপা শিবা গ্রহগী কন্তানা।

নঙগা তীন্নরুবা তাইবঙ কনানা —
বিধীগী বিধাতাবু মাইয়োক্লবা ঙমহল্লি,
নঙবু খঙঙমদবা তাইবঙ কনানা
বিধীগী কোললুনা চপখাইহল্লি চুবাওম্না।

থিন্দুনা তাক্লিবনি নঙতগী কন্তানা —
শকখঙনদ্রবা সংসারশিদা কনানা কনানো,
কনাবুনো করিগী করম্না কদাইদা
করিবুনো কমদৌনা কৈদৌঙে কনাগীদা ?

ময়েক তরানিথোইগী রাহৈগী লান্নি —
চৈতপ তরানিথোইনা রাহৈশিংশিগী খুৎলাইনি,
লাইরম্লেন্দগী মীরম্লেন্দা থারকপা খোজেনি
তাইবঙ জীবশিংগী পুন্সি খোর্বাকথক্তা।

০৮-০১-০৬

# দোল্লাইরেং

লোইদাম থারোন থামৈ শুরদুনা ——
অফক কুরাং থাংল থাদা,
লোইবী চীংশাং মাপল লানদুনা
অরা হুইদোম থম্মোয়দা লাংল,
রাইর খোঙদোই লেপ্লাইদা হল্লাল্লকপদি
কুমদম্লক্রে কংলুর কুমগী কুমদ্রুকপী,
শারদুনা জগোই মালংগী শাহুমদা
পীক্ল পীক্লবা মখুৎ মচাশিংনা,
কোইতাও তাওরদুনা মালং তরংদা।

তীও তীও চাউরক্রে অতীংঙা ——
লাইজ ঈরাইদুনা ঈপাল লাংলক্রে,
পাগী পুগুম মচুম তারক্রে
কোইরাওনবা মীৎশনাসু শুক্তোক্লুনা য়েংলক্রে,
ওঃ ! করিনো —— করিনোনে অসিমনা!
করিগী শাকোক্লোনে থরায় য়াওদ্রবা!
লালু চোমাই লৌরগা থেন্দুনা
লুখা থারিবা পাগী পুগী,
তম্বদুসু —— "নীংথৌ" — পোইরৈতোন খুলেনগী।

'দুগা — ওঃ — তু তু ——
থাংয়াদা চীক্লি থাংখুমদৈ শক্লুনা ——
চেল্লিবা ঈচেলসু খোঙজেল য়াংহলি
মনীং তমহল্লি পুক্লিং রাখল,
ঈরাক্লহল্লি লাইচুদুনা নেশাদুই ঈপাক্তা
শিথহল্লি মহাওদুদা কংলবা তুম্বাগী,
চাদা নৌদাই পথাং পুথাং
চেষ্টরক্লি ঈচেলসিনা লৈতোংদগী লৈকুপ্তা।

খরনা পল্লোনখি পনখাংনরদুনা পল্লোন্দা
খরনা তোর্ব্বানগী খোঙপাক্লা নমশিনবীখি,
খরনা লোথশিনখি ঈরৈগী মথানুংদা,
কৈদৌঙৈনো শাফোংলক্কদবা নখোয়না কোললুদুদৈ
পাইহল্লরোনে নখোয়গী —— দোল্লাই অপাইবী।

১২-০১-০৬

# কাকী লানবাও

হাদা কলিগী কৈবুই কৈওইবা —
শাকোক ওল্লবা হে মীওইবা,
শদুম শয়াং চরা চীন্দম্ন
শারম ঈরম শদুং ইল্লিবা,
নোম্বরকলগনি মখোঙ মরি পানবগুম
খুমাং খুদুং তুনা লেপ্তুনা ;
উব্রা য়েংউ ক্রাংদা লিত্তুনা —
নীং মাং হোরো হোরোংল,
নত্তু লৈমাসু কাং কোক
লায়না লাইয়েং খঙদ্রবা কুম্লেনা,
লায়না তীন্নাগী হৌরকফম — ঈশিং —
করিগীনা য়োকলিবা, করিগীদি খোইজংলুদে—
দুবু — শোকউ নোংয়াইহি য়াদুনা,
অহীংবা নাউহোংনা নাউয়োম য়োম্লিবা
পলেম ইমাই খুদাংদৈ পীরোইননা,
নয়া হংঙা নাউগুম নাউথেম্না
চাইরেন চক্ফু ঈসাইফুদা হাপ্তুনা,
কুমজা কুমজিন কুম্নাং কুমশেন্নদুনা
হুইগী য়েনগী শাহুম ফংহন্দ,
নোংমদোন থক্কী কোরৌহনবা মাবুসু
লারোল তরেৎ থাক্কন খন্দুনা,
মালেম লৈমগী ঈংখোল চাইগোননুংদা
শিঙেল লৈরাং লৈশাৎ তমহললু,
হৈথুম হৈরাং হৈকৎলু হৈখোঙদা
উরুদনবা — শং-শং থোক্লরগদবদুবু নোংমা,
তাঙোইমকসু শান্নরক্কনি কোইপাই পাইদুনা
হুমক্লিবা শাফুলক্তা মাহা প্রলয়গী।

১৮-০১-০৬

# থরায় পাল্লবা ঈশিং

কনা কনা লৈবগে !
তু ! চংশিল্লিবসে শৈতানশিংনা !
লৈমাই য়ৌদ্রিবা নোংলিকশিংসিদা ——
য়েংহৌরো ! য়েংহৌরোনে মীৎনহাশিং ;
মনিংথোঙ অগুপ্পা অসিতনি ——
মখোয়না লোৎনা চংশিল্লিবা,
চংববু মখোয়না চংশিনখ্রদি ——
রোল্লরমক্কী চক্কানসু তকগুমদে,
মারত্নুন্না থোম্বদসু কাইগুমদে
মারবোনগুম তাশিনখি চেৎশিন্না
অহীংবা ঈশিংদুম ওনখ্রে।

য়েংহৌরো অহীংবগী মমিশা ——
প্লাশটর তৌরবা তেংকীসিদা,
অহিং কয়া তুংহনখ্রে,
ব্লেশিং পাউদর থাজিনখ্রে,
ক্লোরিন তেব্লেৎসু চীন্দমখ্রে
মিনিৎ কুন্থ্রা য়ৌদ্রিফাও,
রোল্লিং বোইলিং তৌথোকখ্রে
অচৌবা ফিলটরদা চুমথোক্নুনা,
দ্রোপ দ্রোপ তাহনখ্রে,
ফুত্তোকলবা গরাই মনুংদা,
চীনখুম উপ্পবা চীনবানশিংনা ——
নোঙ্ক নোঙ্ক থকলিবসে,
মারুভূমীগী লৈঙোই শান্নরুবা
খৌগংলবা থরায় কয়ানি।

উদ্রিবরনে নখোয়বু মখোয়সে —
মীৎমাংদা চোং ফল্লিবশিং,
খেন্নবা কয়া উত্তুনা
খুদম্না উত্তুনা তাকলিবনি,
অশেংবা মশক্কী নুংশক
অঙানবা পুন্সিগী মশকপু,
কনাদসু মনত্তিকনরু তৌদনা।

'দুবু — মায়াগী থাক্কনখাদা —
তাইবঙ জীব কয়ানা —
য়ুগ য়ুগ খুদিংদা,
অহিং মীংশেল খাংদুনা
মীৎকুপ পুংজা ঙাইরিবা,
অবতারদুনি অবতার মখোয়দি।

২৫-০১-০৬

# জগোইতনা তাকই জগোইগী মশক

নোংদুমক্কী জুগীনিগী মীৎচিনা — ফেৎ ...
শারি জগোই শুরগী ঈপাক্তা,
কুফেৎ কাফেৎ লাম্মৈ থানবীগুম
কোরৌ মঙালদা — কে কূ ...
থাশি থরাল্লক্তা — ফোং ফোং ...
কুমজিন কুম্মৈ কুমওন কুমদম্নি ;
কৈদৌঙৈনো জুগীনিগী মীৎচীগী তেন —
নঙগী তেঙ্গাদা লীরিনা থোং,
লিরীদা তেন্দোংলিবা হূগী তেনজৈনা
মুক্তা থরাকপু পুংঙয়োলদৈ ককথগদবা,
হাংদোক্লোগবা — হে লৈচীলগী পোমাই —
কোরৌ নঙগী নঙালসু থুপকনু,
নুংশা লৈমাসু মতেমফমদা তেখিনবা,
কৌব্রু চীংদোল লেমফু নুংদগী —
হৌদোকল্লুরসি পাখং নহা তেলহৈবা
কংলুর কুন্দালৈসু কুমওনগী কুমদমক্লগনি,
য়েংউনে ! ফজদ্রা ! মপুই শুমাংদা —
লাইরেন মথেক্কী শাথেক্কীসু — জগোই।

১৫-০২-০৬

## মমল

নোং —— রা রা ···
কোঙ্গোল তাক ··· লাংথ্রে থুম ···
তোর্ব্বান কীছে ··· কংখি থুমখোং।

২৫-০২-০৬

# খয়োম

লৈই অমা ··· খোঙচৎ অমা ··· পম্বুং অমা ···
পাংদিং মান্নবা লৈইশিং ··· থেংনদ ··· খোঙচৎ কয়া
পম্বুং কয়া'মা ···
অখোইবা লৈই'মনা ··· খোঙচৎ কয়া ··· মরি মরি
শম্নদুনা ··· পম্বুং'মা ··· খন্দ প্রলয়গী,
চাকখৎলকই কেগাম ··· পুমতুম খোইরু থাউমৈ ···
ঈরেলদুদা ···
পথাং পুথাং ··· গুথাং নাইথাং ··· চাদা নৌদা ···
নুংহীক্লুর নাহেখোল ···
মেংক্রুক্কী মৈখুলক্তা ··· উৎপুণ্ডথক্তুদা ··· তপ্না তপ্না।

২৮-০২-০৬

# ফোশিলগী মমি

চীংজুম লাইজও চেন্থরক্লিবা শুক্ক লোকনুংদে ——
ঈচেল্লক্তা চামথোকই কুপশিল্লক্লিবা উফুল রাইফুল,
পুম্নং লং লুফেৎ লুফেৎপা পোলিথিন
চৈতুমদা পলহৌখি, কৌহৌই মখুৎ তীংথোকলদুনা,
ঈরৈনা কোৎথোক্তুনা পুখিবা মথিবোং মরিলবোং
তান্নদুনা চীন্দম্মী মুন্নদুনা অপীকপা জীবশিং,
হুইয়া থিন্দোক্তুনা উরু উরু লৈরকই
মমৈ শাংদোরকই, থাঙ্গোল ময়াসু হক্লকই,
ফোং তাওখৎলকই থেংগাইরুদুনা তুম্লিবা চীংদা
মীরাং থদথলি মখুনা মরুভুমী তম্লকপদা,
কাকচেং নীংদুম্বীশিং চবেৎ চবেৎ খোঙপাক্লা
লাউ খোংলকই লৈঙোই শেমপাক থুগাইদুনা,
মৈক্রেং হৌই হোন্দোরক্লিবা অচাকপা নুংশাশৃরনা
তরক তরকই তুম্ন তীংখঙ তুম্মৌশিং,
খোঙচৎ কাইরকই শিল্লম শিন্থা শেবাৎনরবা
থম্মোয়দা মৈরাইরকই হোন্দোকখিবা শৃরনা হোনজিল্লক্তুনা,
ঈখৌ লাংলকই ঈরেল লাইজ অপীখক্তু
'দুবু —— তম্নরকই শকওং য়াম্বী লৈচীন্না,
হোগাইদুনা চৎখি মৈশা লাংলবা থরায়
দম ! হাইথরকই শরু পোল্লাং লৈঙোইথক্তা,
মালংবনা হোনজীল্লকখি নুঙঙৌ, নুঙঙাং, নুঙম্প্রেং ...
লৈশৌপুঙনি শৌগৎলক্লিবা থারবা অরাঙবা পোমফ্রিনুংদা,
তাঙমদে খোল্লাওসিসু মরৈ তথত্র তুম্বাগী
খোনবাংশিল্লি ফাজিন পুনশিনবীরবা শরু হুমদাংশিং —
" হে লৈচীল —— নোং, ওন্দুনা চুথরো
হনুবী হনুবগী লাংথ্রে মতোন থুমহৎলো।"

০৫-০৩-০৬

# তে তু ••• ক্বাক ক্বাক •••

অঙনবা অয়ুক্নী বসন্ত মাগী —
তে তু ••• তে তু •••
খোঙ্‌থাং য়ৈ মালং ঈপোম্নক্তা,
খুৎশা হাইরি অহিংগী থাবল্লে,
খোইরাবা খোইমুসু মাইথোং ঙানজে।

নুংথিল পোবোপ্নি মীরাওখোল তামখ্রবা —
ক্বাক ক্বাক ••• ক্বাক ক্বাক •••
মীৎকপ থোকই মকু চোংখৃ,
থিরকই কদোমদনো খোইথুম্ন খোনজেল,
আশা তৌই শাদোং অমত্তং।

সন্ধ্যা য়াচংলকপদসু শান্নরগা নোংজাবী —
শাংল মালংবৈ শাজে কিজবনা,
লৈচীলগী মথানুংদা থুপচান্নবা লোৎলক্লবদা
তান্না তান্নদুনা শম্লাং চিংলকই,
তে তু ••• ক্বাক ক্বাক •••

১৩-০৩-০৬

# অকংবা থরায়

অখাক অরাওসু ——
হুন্নবদা ...
নোংজাবী মপৈনা;
নোংলিক্লা খকখিদুনা ——
তাকখি ...
ঈয়াইথক্কী কোঙ্গোল;
মনুং লেনখ্রবা ——
উগুমদে ...
শেবোং মাইরেল;
লৌনম্বালশিং কুমথরক্লবদা ——
থেনগথলি ...
কংখি থুমখোংসু;
ঈকং খোংদা ——
হোল্লি ...
লশিং কাপোল;
লৈকং পাত্তা ——
পোমজৈ ...
থরো থম্বাল ;
শুরগী ঈপাকসিদা ——
তাওথৈ ...
অকংবা থরায়।

৩০-০৩-০৬

# মৈ ইক্রুগা নাপ্পগী নাঙল

নুংশিবা তোর্ব্বন'নিগী ঈচেন্নি ——
কুমগী নোংজু ঈচেলদে ঈহৌবা,
পুংওয়োল লেমফুদে তম ঈপাকনি
ঈকংথা চরি-মেৎ ঈপাল লাংবা,
মণ্ডাও থির্ ঈরৈনা কীহুহল্লি
মতম তম্বাক্তা শুম্মী ঈরোননুং,
তোর্ব্বান নীংথাই পাউখোং চন্নহল্লি
ঙাওনা ফৈনা শান্নজে খোংবাননুং ;
ঈথক-তোং ঈপোম-তান ঙাওজে কাউশিং
মীহৌচাও পনথাঙ পল্লোন্না থিংই,
তোর্ব্বানথক্কী পোক ফোইরকই ঈশিং
ফিজি-চিং মালংদা ঈচেল খংই,
তোর্ব্বান'নি শাগল্লাক পুখি পহুক
চীনবান-চীনবান চীল্লোকনা নাই তাংথক।

১৫-০৫-০৬

# থরায়গী মাইখুমফিনা

পম্বুং তাল্লিবা ঈচেলনা —
মাগী পুন্সি খোঙচৎলক্তা,
তাইবঙগী খজাইদা মালংবনা
খুজিন্না মোন্দুনা শিক্লকপদা,
ঈপাক্কী মচা মোরানবী
মোন্দুম মোনতেক্তা মোনখাংনরুদুনা,
পনখাং কয়াদা তনিক্লিসিসু
তথক্ল থরায়গী ঈথক্লা,
মোমোন নোকথোক্তবা মীনোক্ল
ঈপোমগী জগোই তম্লিনি,
কনাই মীৎশুমাংদৈসু থেমদুনা
পোবি শনম নম্বীরগা,
শুম্লগা লোৎনা য়াতাহল্লিনি
অকাউ পরৈ নাউশুমনুংদুদা ;
'দুবু — নীংশিংবগী কাউশিংনা —
নাউশুম ঈশৈ শুরদুগী,
ঈপাক্লুগী তোর্ব্বান নমথেক্লুনা
তাওথরক্লগা অহাংবা মালংদা,
লোৎখিবা নোংলৈগী মতারোই
পুক্লি তৎলবা তেলঙ্গা,
নঙগী কাইদোংফম অঙকপনি
মফম কৈদবু থুপচান্নরুদুনা,
উঙমদ্রবা অমম্বগী অতিয়াদা
খঙঙমদ্রবশিংদা চীরোল তৌদুনা,
ফোংনা পাউখোং চল্লরিবনি
লোৎনা তুমখুল তাল্লিবশিংদা,
অরাইবা মাইখুম উশুনা
মাইখুম্বীগী থরায় চরোংদা।

২০-০৯-০৬

# মোইবুংগী খোনজেল

থরায়গী মাইখুমফি হাইদোকনা —
চীনবানগা চীনবানগা চীলোকনা,
থম্মোয়গী খ্বাংচেৎ লাকশিল্লি
র়াখলগী কোকশেৎ শাজিল্লি,
মালংবগী লোংবু র়াইরুবীও
পুক্লিং পাত্তবু খোল্লিবীও,
তনিক তনিক্ল থরাল্লক্তা
থাজ থানিলগী খুদুংলক্তা,
হৈখোংদুদা হৈবোংগীদি হৈথুম্লবা
করি লেম্লেনো তাল্লিবা,
নৌপ্সা নদুনীংথৌ কপহৌরে
লৈবাক পুংজাও থিলহৌরে,
সনা য়াথং তাউথরক্লগনি
মৈবী মৈবা চিংলক্লগনি,
হরি ধনি খোনজেলনা
তম্নরক্লগনি খোম্থাং য়ৈনা,
কম্বোং হুপ্লৌ তৌরক্তা
সনা উথত্রা পাৎয়াইথক্তা।

২০-০৯-০৬

# করিনো হায়রিবা উফুল্লকী খোঙ্গুলসিনা

নাউশুম নত্তে হিপ্লিদু কৃনি
কৃ নত্তে তম্নরিদু নাউশুম্নি,
নাউশুম হাইরিসু চীতাই মৈরীননি
কৃ চাক্লিসু পলেমগী মৈরীননি ;
পম্বৌ শকপসু পম্বৌ খনবনি
খমনুং সরা তানখ্রবা শাদানবনি,
নীংঙাইদনা য়েররিবা লোম্বোক্রুবা খোম্বাংনি
লৈঙোই শেমপাকথক্তদি খোঙ্গুলগী পাউখোংনি ;
খুনিং নেৎপি খুমাং নেৎপিনি
লীকলু চোইরবা লীকলাইগদি পরেংনি,
খুদুং খুমাং খুমানরিবৈ খোঙ্গুলনি
জগোই তম্লিসু খোঙ্গুল্লকী উফুলনি,
খুনিং নত্তে লৈতারিবা খুমাংনি
খুমাং নত্তে কাংলিবা খুনিংনি।

২৩-০৯-০৬

# কনাগুম্বা অমদা

মায়াগী তাইবঙদা তাওরিবা তাইবঙও ——
অমম্বগী তীংখঙ তুম্বৌলক্তা ফোংনা,
চীনবান থোকনা তুফাং য়েনা
ফোঙদোকপ্লু ঙমদবা রাখলগী নোংলৈবু,
থম্মোয়গী ফিজিনুংদা কিরুবদি কিঙমদনা
চাংজৌ নাইদ্রবা পুক্লিং ঈপাকথক্তা,
ঈথক্লা ঈপোমতোং রাংনা কারক্লুনা
পুন্সিগী শকওং অতম্ননা তেমশিংনা,
হেক-হেক মীৎয়েং পনখৈগী রাংমদা
নাথেদুনা হুরগা তাম্না পুখিদুনা,
অহীংবা থাউমৈনা মমি নাইরক্লুনা
লোৎনা তুমিন মঙগী লৈবাক্তে,
তাইবঙগী ফম্বাকথক মমিনা তম্নরক্লুনা
মঙলাক্লর থম্মোয় ফিথুপ কাং,
মীৎলুই লাইজনা মীৎথুপ ফাওরকলিবা
পুন্সি খোঙচৎ অমগীসু পাউখোংলা,
তনিক তনিক পাথোকলিবা তাইবঙদা
ফোংঙমদনা ফোংলিবা থরায়গীসু চীরোল্লা,
তুমখুন তান্দ্রবা তাইবঙদুনা তুমখুন্দুদা
পাউখোং চন্দ্রবা পুন্সিগীদি উচুংও,
হু শংজিনবিরবা অমুবা চৈতুমদুনা
ফোঙলিব্রা চল্লিব্রা নঙগী খোঙচত্তা ?

২৫-০৯-০৬

# চুমথাংগী মখোঙদা কাউশিংগী চীরোল

শকওং তোইরম্বা অমুবা নোংদুন্না —
ময়ুম মাইকৈ তম্না পাইখ্রবদা,
মশোং ফল্লবা কোরৌগী মশেক্না
মোরানবী মখজাই মুনা মীতারক্লদা,
উতোল রাতোল কিশিল্লম্বা মালংবসু
হুইয়া তেকখ্রবা শামু লমশানি ;
হাংল অতিয়াই শংবাননর মকোইদা
থাজ থরালনা তুমখুন তাল্লিঙৈ,
ফিজং খল্লি মচু তরেৎনা
তথক তথক মীৎচি খৎন্দুনা,
লোকনুংগী থিংঙমলুদ্র নোংজাবী শঙ্গুনা
মোমোন নোকচৈ চীংয়া তময়াদা,
লৈনা লৈনা জগোই তমদুনা
শুরগী ঈয়াইদা ঙাওনা তাওরিসু,
থম্মোয় থাক্কননুংদা লারোল নাইনা
কুপশিনবিদুনা ফাজিনবীরবা বোন্দী অমগী,
চীনবান কাং নোংখোঙ ফুইনা
তাইবঙথোক ফোংঙমদ্রবা রাখলগী নোংথাংবু,
থম্মোয় ফিবান্না থত্তুনসু থিংঙমদনা
শুক্ল লুরবা পুক্লিং লাইজথক্ত-য়ৈ,
ঈথক্না ঈপোমবু ঈহৌরুদুনা ঈকুম্নকলদা
ঈপাল-লাং অফক কুরাং থাংলদুনা,
তাইবঙগী খোঙথাংনা খোনজেলথোক লুমথরক্তুনা
মীৎয়েং পনখৈ চৈখৈবু নমহৎলগা,
তম্নদুনা নাথৈরগা হুরগা থৈখিদুনা
য়াক্লবা মঙালনা পুঙ্গিবু চামথোকখিবা,
মহাও তংহল্লিনি — অমম অঙান

মালং চীরোলনা মফুং মফুংলক্তা,
পুন্সিবু পুন্সিনা মীনমদুনা করেম্নররি
তাইবঙগী ফম্বাক্তা মমিনা তম্নরক্নুনা,
শম্নাংবু চিং ঙাইহাকসু মঙলৈবাক্তা
মঙলাক্লরুদুনা থম্মোয় ফিথুপ কাই,
মীৎলুই লাইজনা ইপাল লাংলিবা
পুন্সি খোঙচৎ অমগী পাউখোংনি,
তনিক তনিকনা তাইবঙদা লোৎনা
ফোঙজবা থরায় অমগীসু খোম্থাংনি,
ফোঙঙমদনা লাউরিবা অহীংবগীদি চীরোলনি
শুরগীসু কাউশিংনি ঈপাকথক্তা তাওথরিবা,
কংলাক্লরিবা পুন্সিগী নাহেখোন্দুগী খোম্থাংনি
ফিজোল থোল্লিবা থরায়গীসু পাউখোংদুনি,
পুন্সিগী নিংঙাইদা থম্মোয়গী পিরাং
রাখলগী ঈরৈনা অনীংবদা মোনখাংনদুনা,
মীৎকপ তাল্লিবা পুক্লিং ঈপাক্তা
খোংবী থেক্লা ঙাইরিবনি তুমখুন্দুদা,
হৌদোকল্লরনবা নাউগুম হাইরম্বা মখুৎমকনা
পুন্সিগী পাউখোংবু ফোঙঙম্নবা মীকুপ্তুদা।

২৫-০৯-০৬

# চেবাঙথক্তা অহীংবা ময়েক্লা

থল্লায় পান্দে 'দুবু হিংঈ
লোন থোক্তে 'দুম ঙাংঈ,
খোনজেল হৌনা লাউরিসিসু নাপংবদনি
খুদোম্বী থিন্দুনা তক্লিসিসু মীৎতাংবদনি,
য়াইরি লেংদুনা হোইরক্লগা তারকখিবা
মৈক্রেংদুনা মৈরাইখ্রগা ফমথরক্লুনা উরকখিবা,
লোম্বোক্তবা থম্মোয়গী চেবাংথক্কী নিংঙাইনা
খোম্বাং য়ৈরম্মী তুফাং খপ্লা,
ঈথক হৌ ঈপোম্বু তান্ননা
শুমহৎখলিবা শুরদুনা ঈনোৎ কাদুনা,
হুল্লানখ্রবা মতমগী মল্লবা তাবুনুংদা
তম্নরবা ঙমদ্রে অহীংবা সভ্যাতাসিদা,
চেনাদুনা হাইগৎলগা চেবাংথক্তা ননশিনবিখিবা
ময়েকশিংদুনি চেন চোংদুনা শান্নজরম্বা,
মোরানবীগী নাউয়োমনুংদা হংঙা নাউশুম্বীখি
ঙম্নমক থাক্লন তরেৎমকনা খনজিনবিখি,
শরেল চনবিখি তাইবঙ ফম্বাকনুংদা
জগোইদুম শাই চুবাদি কোললুনাক্লুদা,
নেশাদুগী ইয়াইদা তাওরিবা হংলাইশিং
মীৎথুপ ফাওনা য়েংলি কুম্মৈশিং,
থরায়দি পাল্লিবা তম্নরিবা অশিবনি
লাউ খোংদুনা ঙাংনরিসু অশিরানি,
লুমথরবা খোংথাংলক্তা লেংঙম শাঙমদনা
মৈবুল হৌরিবা খোংনুঙগী ঈচেলনা,
চাকথোক্লিসু থোংনি তোর্ব্বান অনিগী
তাম্নখিদুনা তম্নরিবা ছায়ানি মায়াগী।

২৭-০৯-০৬

# শাদানবদা

হে শারথি শদুং ইল্লিবা —
শারম ঈরমগী ঈয়াইদা ঈরাক্লরিবা,
নরু লুকথৌ খুনিং কাংগনু
নৌরেলদু পাইখৎলু ঈরুথুনা খাংগনু,
লৈচীল নত্তে কীহুরিসি নোংদুমনি
উচেকশিংনা শৈথারিসিসু নঙতগী ঈশৈনি,
থাশি ফিরুক খুম্নিবসু থাজনা
নতৌ লোৎনা উখিবদগীনি কোরৌহনবনা,
থরালশিংনা তনিকনা খাৎলিবসু নঙননি
তন্দলশিংনা থুপচান্নরিবা নঙগী নতৌদনি,
অপাইবা নোংদুয়া শক্লোন য়াম্নিবা
শাইয়োল য়াম্ন শক্তমদুনি লাৎলিবা,
নোংমদোল থক্কী থাক্কন খাদ
মৈরী নত্তে চাক্লিবা লাম্মৈসু,
নোংথাং লৈমগীদি মীথচিগী তেন্নিদো
চীল্লোকনরনবা হু তোপ্লবা তেনজৈদো,
লিরিদা তেন্দোংলিবা নঙগী তেঙ্গাদনি
লৈখা তম্লক্লগা নঙতগী খোংবীদনি,
লৈথক তমলুরগা লরাই লুতোন্দুদা
নঙনা লেপ্লিবনা শুকলবা জঙ্গলদা,
উকু নত্তে নঙনা শেৎলিবা
নঙগী থরায়গী ফিজোলনি মনজুনরবা,
চীংজুম নত্তে নঙনা থকলিবা
হুনা চামথোক্লবা ঈখেৎনি চেম্থরক্লিবা,
ঈখেংদুসু নত্তে শঙ্গীগী শঙাইদগী
নঙতগী খুরবা কাখুদগীনি থম্মোয়গী।

২৭-০৯-০৬

# নিং-মাং চীল্লোক্লরিবা লৈই

থেংখাঙ নাইবা পুন্সি খোঙচত্তা
তাইবঙগী নুংশানা মৈরীদি থোক্তনা,
কাহৎলবা কুচু চাকথেজ্নুনা কেম্লকলগা
লোৎনা ফাজ্জিনবা ওম্লকত্রবা মৈখুনা,
শম্নাংফা মনিং তৌনা তমননা
জগোই তম্মগা তাইবঙ ফম্বাক্তে,
হাংল অতিয়া মকোই তমখিবা
অনৌবা থৈলাই পুবা হৌরবনি ;
মঙলানগী তাইবঙদা খোঙথাং লানশিললুদুনা
মীৎকুপ মীৎকুপকী শকওং তোইরকলবা,
শক্তমশিংদুনা শক্তম লাংলকল মীৎকুপ্তা
কোইতাওবু তাওহল্লিবা তাইবঙ ঈপাক্তবু,
করিনো'মা তাক্রিবনি তাইবঙদা ফোংনা
"কে কুসু ফোং ফোংদুনা;"
তুমদুনা লৈজবা পুক্রিং ঈরোননুংদা
শাফু কল্লবা মালং শাহুম্না,
চেপথ চেপথ হু হুদুনা
খুজোক খুজোক শোক্লকলবদা কাইহৌরদুনা,
মীপাই চাউরবা থম্মোয় মাগীদি
রাকৎ পুবী ঈথক ঈপোমশিংনা,
হৌনা হৌনদুনা লোইরোই লোইরোই
হামজিল্লবা লৌনম্বালশিংগী মরোল নাইনা,
লাউ খোংলিবা লৈঙোই মরিকশিংবু
নাউশুম হাইর নাউশুমগী তাম্বারক্তা,
ঙাইহাক মীৎকুপ নাওয়োক নাউথেম্লিশিসু
তাইবঙ খোঙচত্তা পুন্সিগী তাথনি,
মনজুনরবা চৱৈবু মচু শংদুনা

ঙাইহাক লমদলম্বা থল্লায়বু খেল্লিবনি ;
মীনম্বীদুনা তম্নরিবা লৈঙোইগী উৎপুঙ
ঈরোননুংদা তুমিন লোংনা য়াতাই,
ফোংনা চন্নরিবা পুন্সিগী পাউখোংশিং
ঈরৈনা হুখিদুনা তুমিন পুথখি,
তাইবঙ ঈয়াই ফাওনা পাউথাঙলুদে
ঈথক হৌ খোঙ্হাংনা য়ৈঙমলুদে,
তম্নরিবনি অমম্বদা অঙানবা লম্বীনা
তম্নরিবনি অঙ্গানবদা অমম্বা লম্বীনা,
ফোংলিসিসু চল্লিবনি চল্লিসিসু ফোংলিবনি
ইকোই কোইনা চিংলিবা পংতিগী,
থেক্লা খোইনা চথলিবা খোঙচত্তা
মচিন অনী চিল্লোকনরিবা লৈইনি,
মাং ওল্লগনা লাইবক্কা লাইবক্কা
তুং হল্লগনা লুখমগা লুখমগা,
ঙাইহাক তাবুনুংদগী ফিজোল হোংলরিবনি
লোম্বা নাইদবা মাগী খোঙচথনি।

৩০-০৯-০৬

# অকংবা থরায়গীদি ফিজোলসু মৈকামশিংনি

মায়া ঈপাক্কী কাউশিং নঙনা ——
ঙাইহাক মীৎকুপ লমদল্লম্বা লম্মৌদুদা,
থেংঙু থেংঙু মীৎকুপকী রাইথুংলুবা
তনজাদুদা ফিভম্ না মতম্না থিংঙম্নকত্রদুনা,
পুক্নিং পাত্তা তুমখুন তাল্লম্বা
থম্মোয়গী ঈথক ঈপোম্না শান্নরকলদা,
মঙাও থিরবা রাখল নোংলৈনা
লোৎনা হুদুনা হুম্নগা থৈখিদুনা,
নাপ্পাগী নাইলদা চীরোল তৌরুবা
থম্মোয়দুদি ফাওঙমখিদ্রবা মল্লবা পুন্সি'মগী,
ঈতিহাসকী লমাইদা সনাগী ময়েক্ক-হক
ফোঙঙমাখিদ্রবা পাউখোংশিংদুনা লোৎনা ফোংলজুনা,
নৌহৌনা মীৎমাংদা চোং ফল্লক্তুনা
অরাবা শকই মৈতাল নুংতাল্লক্তগী,
মহী ওন্দুনা লংত্রিক লংনা
জগোই শাররিবা তাবুনুংগী খাউরৌগুম,
মোইথেম তৌদুনা নোকমী নোকমী
করেম্নবা মীনোকলক্তা নাউগুম হাই,
মৈখু কারবা নুংশাশূরগী তাজিন্দুনা
থম্মোয় থুম্না থিনজিল্লি তাশোন্ননা,
অঙাংবা ঈখেংদুগী চেন্থরকলি ঈচেলসু
মনিলবু তান্ননা তম্নরিবা থাওদুনি,
উরুদে —— নুংনাংলুদ্রে —— মুনা মীতারিবা
কাহৎলবা মাইথোংবু লোথশিল্লিবা চন্দরাবু,
অকী তুজুংলম্বা অহীংবগী য়েক্লবদুসু
পুন্সিদুগীদি খোঙলোই চান্নরবা মরুপ্নি,

খুৎক খুৎক খুৎশম্লনা লেংগোন্নরিসিসু
কংশিন্দুনা কেম্লবা রাখলদুনা থিংজিললুদ্রে,
পুন্সিগীদি ফৈরাথক্তা নোকমিন্নরম্বা মরুপ্লোই
ঔগ্রী হঙ্গেল চোংদুন্দুম তামহৌরে,
উইশিন্দুনা পাংলিবা মীৎনহসিতননি উরিবা
পাংথোক্লিবে মীৎনহাদুদদি মমিসিনা মীতারুদ্রে,
থম্মোয় থুমহৎনা মীহৌহল্লম্বা তয়ালসু
তুজোম্লবা ঈন্দ্রিগী মরৈবু তিল্লাংনহনঙমদ্রে,
থরায়না তান্নরম্বা আশাগী কোকীলসু
লেংবানথক্তা তোংলফাও ইতাও কৌরুদ্রে,
পুন্সিগী মীহৌজরম্বা মায়াই ঈপাকথক
মাঙগী কংকুপওই কোইতাও তাওরম্লে,
চীতাথক্কী কৃ-নুংগী নঙতবু থাগোল্লিবা
থরায়গী মরুঙসু নঙতগী মৈকামশিংনি।

৩০-০৯-০৬

# বারুনিগী অহিংদা

থাউ হাপ্পু রাগী মৈনমদো
মৈবা চিং মচীন মুরো,
চীনবান চীনবান চুপ্পনা চীল্লোক্করো
ঈচিক হুল্লবা থেংল তাংলৌদুদা,
ঐ মঙাইরে মঙাল নাইরম্বা
তনিক তনিক্ক থরাল কোতিসু,
মবুক থোল্লবা অপাইবা নোংদুমনা
বোক্কী শক্তম্মাং খয়াৎনুংদা য়োৎশ্রবদা;
নুংথিল নোংমাইগী য়াক্কবা মৈশাদা
লৈত্রককনুংদা থৈদুনা হংচিৎ লাংজরম্বা,
চীংনুংগী নাচল চীহাই কনবীশিং
মীথয়েং পৈরবা নুংশাশ্বরদুনা ফুনগত্তুনা,
চেঙ্খোর্ব্রক্কে মৈরাগী পরেং লেংলদুনা
মশাবী কাইনরবী লীন্দু অমোমগুম্না,
মঙশৎ তানবগুমনি তাললুমদুনা তাইবঙদা
পাউখোং ফোংগুম্নি খোঙচত্তুনা পুন্সিদা ;
মশোং ফল্লবা চীংলাইগীসু শাথেকনি
নোংমাইজীং চীংদোল তম্লিবশিং বারুনিগী,
চাকথেকহল্লিবনি তান্নদুনা অমম মৈখু
লৈক্রাং ওন্দুনা মচু শংজিন্দ্রিঙৈ ;
অঙকপনি নঙসে শকউদবা ইবুংঙো
নঙতগী দরশন ফংজগে লাকলিশিংদা,
খুৎশম্নদুনা পুবিরি ঙম্লবা চীংমাইদুদা
নঙতগী নঙালনা লমজিং পীদুনা,
নঙতগী নয়াথংননি ঙকশমদা থোললিবা
মকোক ফন্দোকলিবা তাঙজা মহাকসু,
অমম্বদা চক্তারিবা মীৎতাংল য়াত্রীকশিংদদি

থৌদু নুঙদুগী থোঙগী খুদানি ;
ময়া থৌনা মছু পুরবা
হংলাই কয়াবু মংগ্রেম হাগেমনহন্দুনা,
লাউরবা মীৎনহাশিংদুদা মৈরাগী পরেংদুনা
লাম্মৈগী মরৈগুম্না তম্নরিসিসু নঙতননি,
অমম্বা মৈখুগী শকলোন পুরম্বী
শকওং য়াম্বী লৈচীল মফোলসু ,
নঙগী নোংলৈগী কল্লবা শাফুনা
মশা মরেং ফুদত্তুনা কনথৎপিরগা,
পিরাং পিরোইনহল্লি নোংগী লৈবাক্তা
খৌগংলবা থরায়শিংগী সোভা য়াত্রাদুদা,
ছু তোপলুরবা শাই তীংখঙসু
নোংঙাল্লমদাই লীক্লা কোকথোংনবী তীংথৌনি ;
অমম্বদা তম্নরম্বা উকোননুংগী ভুৎ
মকু চোংখুনা ফৈরাথক্তা চীল্লোকনা,
বসন্তগী কোকীলগুম শৈহেক শৈদমদুনা
চোকথদৌরবা থরায়শিং য়েল্লিং চোংহল্লি ;
ঙম্লবা চীংচেপ —— রাংলবা চীংদোল ——
শুক্লবা লোকনুং —— কংলবা নুঙজেংকাইথক,
ঙম্না মাইথিরবনি থাপ্না তাম্লকলদুনা
নুংশিবনা চুরবা সাভানাগী লমদমদুদা ;
মঙাও থিরবা অমুবা থরায়শিংনা
মপুগী লীক্লম থৌগাইদি অহকপবু,
তুংওইনরুদুনসু লমথুংফমবু তাল্লি লম্বীদে
শুকলবা তীংখঙ তুমৌলক্তুদা লমাংনরবদসু,
নুমিৎ থা থরালশিংগী মঙালফাও
থাকন খনথ্রবদা উপাল রাপালনা,
ধ্রুব তারাসু তুমখুন তাল্লিঙৈ
ধুম্মকেত্তু মাবু ঙাইবদা চোকথরবা,

থরায় কয়াবু খুৎশম্নদুনা লমজীংবীরি
নাউশুম ঈশৈগী শুরগী তাম্থাদুদা,
অঙনবা অয়ুকী কোরৌনা য়ৈবদা
লুমফু লুমফু শারবা নাউশুমদুদা,
খজাই শিকলদুনা মীৎকপ থোকহল্লি
অহিংগী তম্বাক্তা মঙলাকনরব মোরানবীশিং,
মোমোন্নর মাইথোংগী হুরবা মঙাল্লক্তা
লেপ্লাইদবী নঙনা চীংজুম লাইজ।

০১-১০-০৬

# চেঙ্গৌ ঈচেল নঙগীসু

হাদা চীংজুম লাইজও —
চেঙ্গৌ ঈচেল নঙগীসু,
লুমবা নঙগী খোঙথাংদুনা
থাংবদা কাউরবা খোঙচত্তুদা,
নীংহন্নরকল্লবা নঙগী থম্মোয়নুংদা
মীরাইরদুনা পাকলবা ঈপাক্তো ;
য়েল্লমখো নঙগী ঈরিক
খৌগংলবা থরায় মীরেলশিংদা,
মুৎথৎলম্মু মৈরাইরিবা লাম্মেদো
শান্নহললু শংবান্নর লমদমদুদা,
তমজসনু অঙকপা মতৌদুদা
নোংশাগা শজীগা শান্নমিন্নবগী,
লিনগা হংডোইগা ইরোইমিন্নবসু
মল্লবা মতমগী লময়াংদা,
রারি শিংবুলগুম তাহৌরনি
তগ্গাগী রারিগুম তম্নররনি ;
লেপথিনু নিংডাইদবী ঈচেলও —
নাথৈদুনসু থুপচান্ননা হুল্লানথিনু,
শুকল লোকনুং মাননুংদগী
রাংলবা চীংচেপ লাল্লগা,
উকোননুংগী রাপাউ পুরদুনা
শান্তিগী পাউজেল খিক্লম্বা,
লুরবা নঙগী নতৌদুনা
চামথোকল্লখো মতমগী উফুল,
পৈশিললুরো মপৈ মপৈ
তাক্লিবা অমুবা চীংদুমদা,

লভা ওন্দুনা চেহ্লোরকলগা
ঈরোং ফাংনা চেহ্নরক্লিবা,
মতমগী ঈশিংচাইবীনা কুপখিদুনা
নঙগী চীংদুম ওনখিদ্রিঙৈ,
চাইথবীরো নঙতগী ঈরিকনা
খোয়াং নাউয়োক নাউখেম্বীররো,
হংঙা মীৎকপ তান্নবা
তিঙ তিঙ চাওরনবা,
থবীনা কারিঙৈ কারনবা
নুমীৎনা রাংলিঙৈ রাংলনবা,
চেহ্লৌ ঈচেল নঙগীসু
হাদা চীংজুম লাইজও।

০১-১০-০৬

# উং অমা লৈকংলাদা

উং অমা লৈকংলাদা —
পরিংদা য়াথলিবা লৈইগুম,
কুদ্রুক কুদ্রুক খোঙথাংসিনা —
থরায় পান্দ্রবা জীবগুম,
অহীংবা লৈঙোইবু শান্নরি।

পুক্রিং ঈপাক্তা তাওবনা —
ফাওদে অরাম খৌরাংবা,
রাখল নোংলৈনা হুম্বনা —
তম্নবসু গুমদে মরিচীকানা,
নীংহন্নদে থাংলিবা খোঙথাংসিসু।

উনশাতনা কুপ্পিবা হুমদাংশিং —
উরুবনরা চেপ্পকলে কোরৌহনবসু,
শম্মাং চিংলম্বা মালংবা —
হনগ্রে কান্নদ্রে খন্দুনা,
থৌদৌশিদা লক্করকলে থরালশিংনা।

মদোম নাইতোম চথলিবা —
তাইবঙ মায়া ছায়াদগী,
লাপ্না নাথেদুনা থোরকলিব্রা —
নক্রগনা — তাইবঙদদি ফংঙমদ্রব'মা,
অরোংপা লম্বীদুবু ফংলব্রা ?

পুন্সি পোৎলুম পুবদা —
চীংদুমগুন্না পোমখৎলবা নঙ্গলদগী,
নমহজুনা থেককৎলিবা ওকশন্না —
বিধীগী নোংদমখোলবু তেমশিংনরি,
খুদম্না তাকলদুনা উৎলিব্রা ?

ফোংলমখো নঙগী পাউখোং —
চৎখিদ্রিঙৈ মীৎমাংদৈ থৈয়াইননা,
'দুবু — তাদে খোল্লাউশিসু —
তামখি মুশি মুশিনা,
মীথয়েং পনখৈ রাংমদা।

লৈঙোইগী শেমপাকথজবু তাহৌরিবা —
লুম্না থাংবা খোঙথাংগী,
ময়েক লারবা খোঙ্গুলশিংৎসিনা —
চল্লিব্রা ফোংলিব্রা পাউখোং'মা,
লেংলি পাল্লিবা জীবশিংদা।

০২-১০-০৬

# য়ুম্নেমা য়ুরেমা

তুরগী ফম্বাক্তনি খুথেক্লা তম্লনা ——
লৈনা লৈনা কেথ কেথ,
মালং শাহুমগী তাম্বাবু তান্ননা
জগোই শারি —— য়ুম্নেমা য়ুরেমা,
মতু চোম্লিবদুসু তুবোনবী তমুবীনি
তুহাউ চোমদ্রিবদুসু তমুবী তুবোনবীনি,
চাকলিবা মৈফম্নাক্তা পোৎথাই শৈজাদুই
শদুম শদুম্না শম্বুলগী শিঙেলনি,
কুফেৎ কাফেৎ নোংথাংনৈ মীৎচিদুই
শাবুংলবা ঈখেংনা খোইথুম্লবা মোধুরনি,
অয়ুক নুংথিল নোংমৈ নোংজাদা
তুমখুন তান্না শিম্বা পাংই,
শোৎ প্রেক মৈশাংবৈ চোললোমদা
শরিৎ শরাগীনি —— শ্বা হনব্রেৎ !
মীপাই থবাইর থাজ থরালনা
পুক্রোইর নোংদুমগী মথানুংদা লোৎপ্রকাল,
মমীৎ নোইরিবা মকু চোংখুগী
তাদিং তাদিংদদি মীৎথুপ কাংলুদে,
শিথ শিথনদুম মতিন তাজৈ
তিংলি য়াংলিরকই শাগী শাথেক্তুদা,
লৈচীল পোমাইগী ফিথুপ কাং
নোংপোক চীংখৈদা ঈনুং-শোরা তৈ,
পাথোরক্রিবা কোরৌগী মণ্ডাল মশেক্লা
য়াশা শাজৈগী শক্রোন লৌ,
পোৎপু লাকশিল্লগা লময়াংদা চিং
হুমাং ঈরিকসু হৈমুল্ল হৈরাংনি,

মমৈ ককথ্রগা তুজোম্ন থরায়ও
তয়াং তশোইরকই লুমথরকল খোঙথাং,
পুন্সি কয়াগী অমনবা থরায়না
হুইদ্রুঙমনি থেল্লরিবা চেং মচংলক্তা,
মালেম য়াংকোক নুরাবীনা খৈরক্লদা
মচীন থিদুনা মীথয়েং খাৎকই,
হীক্ক খুর শন্নাং ফারকই
মালংলক্ত নীংঙাইদবীনি কোকথুমফিগী ফিদোল,
মৈতংল মৈতোন্না মক্রাং লোল্লক্লনা
ব্রোং-ব্রোং শৌরকই —— ঙ্যাও! ঙ্যাও! ...
খুমাংনা খুদুংনা খোৎলিসিসু ফুনাক-লাইরন্দনি
উৎকুপ- রাইকুপনি —— ফ্রুং! —— ফ্রুং!

০৬-১০-০৬

## খুবাক মন্নিগী তান্নিদনি রেলগাড়ী

থোৎল খুৎশা ...
য়োত্তুম মেথলিবা ...
মৈ'হী ওল্লতুং ... থকচিল্লি !

০৬-১০-০৬

## মুর্তিগী পিরাং

শারংগী নোংশাদা —— শাজী ——
মারুভূমীগী য়াত্রিক্তা —— লাইজ ——
নুঙগী মুর্তিদনা —— পিরাং ——
ঙম্নমক তাইয়োন্নবনি তাইবঙদদি ——
পুন্নমক পনখৈগী রাংমদনি ——
পনখৈ মানবু লানথ্রবদি ——
নোংশাগা শজীগা শান্নমিন্নরদুনা ——
নোকহল্লি নুঙগী মুর্তিবুসু
শিহ্নহল্লি পিরাং অখম্নদনা ——
ঈকংথাগী মারুভূমীগী অতিয়াদগী ——
কীহ্নরক্লিবা ঈঙাগী নোংজুনি।

০৮-১০-০৬

# খোঙথাংদুবু তম্নরিবনি খোঙ্গাংদুনা

মপু মাগী কোলোই মীংথৈনি —
চীলোক্ল পোম্বী চেক্লানা শৈথারিবা,
থৌদু নুঙসু কীস্থরকই মদোম
ঈচেল মাগী ঈরোননুংদদুম শান্নজে।

পোমশাৎনর লৈরাংসু লৈনারক্তে থিন্দোরক —
লৈরাং লৈনম্না লৈকাই লান্দুনা,
জগোই তমজে থেক্ক নৌগা
খ্বাংজেংবা খোইমু খোইরাবা মালহৌনা।

নোংদম্বা নঙনসু নোংদম্বী নীংদুম্বীগী —
শললুপ নুংলুপকি কাংলুপ শিংলুপ্নি,
থৌগল লোইর ওমাং কূম্মে
মপুদি খোইদাজে মনাইসু তুংইনজে।

(II)

মালং ঈপোমদা ঙাওনা শান্নরম্বা —
হাদা লৈরাং লশিংলৈও নঙনা,
ঈচেল মাগী ঈরোননুংদা লুপখিবনা
কোইতাও তাওরকলে নুঙপী নুঙজাও।

য়ুমহোং তোই পোম্বী চেক্লাচা —
মপুগী মিংথৈসু শক শোল্লক্লে,
মমৈ শাংল লমজা শারাশিং
শাইজিন শাইয়া রাতোন উতোন্দা।

নেম নেম কৈগী মমৈনা ——
মমৈনি তৌরানি! তৌরানি মমৈনি!
মোমোন তৌজে শয়ং মীতম্বাল
তোপ্না তাম্নহল্লি মনাই মপু।

(III)

পুমম মন্নে রামৈগী মৈখুনা ——
পুবদা চোকথরে খাংবদা রারে,
করিনো করিনোনে! তুবোনবা তুবোনবী
তায় খোনজেলদি —— হী-হী ! হী-হী ! ...

মালং শহুমদা কেম্নবা কেগাম ——
ব্রং চাকখৎলকই পুমঙাল ঙাল্লি,
অমম্বনা কে-কু অমম লোক্তা
গোঙ! গোঙ! য়ালিবা কাংশি।

খরনা চেনখি য়াঙলবা খোংজেন্দা ——
খরনা চেল্লকই ঙকলবা খোনজেন্দা,
মীথচিনদি শেন্নরুদে থাংলিবা খোঙথাং
চেল্লি অচুম্বা লৈই অনীদা।

মমাই ওন্থোক্লে য়াঙবী তান্নে ——
খোঙ্গুলদগী উফুলতনা লুতুং খোইবাক-শা,
চরি মেৎ চাকয়োম ফাক
শাগল-লাক খোনথাংনা চিংলিসিসু মীতাঙমদে।

১০-১০-০৬

# শিল্পী

থরালগী থাশিনি থাউমে থানখিদ্রে ——
চেম্বরকই ওম্নমক ঈরোং কাংনা,
কোইতাও তাওই লশিং মফোলগুমসু।

ওানু থঙ্গোংনি নাইতোম তাওরিবা ——
কোলোই নত্তে শৈথারিসে মপুগী,
পাউখোংনি চল্লিবা চাক্লবা থম্মোয়না।

য়োংজাওনি শান্নরিবা নাকেম্বাগী উশা ——
উহৈদু নত্তে হীকথরবা শাগলনি,
তাল্লিবনি তুমখুন তীংখণ্ড তুম্মৌলক্তা।

কম্নাক কুরুকাই শাদানবদা তেলহৈবা ——
শদলথক্কী শাদুম শারেনথাংনা শোইদথলি,
কোকথোং নাই তাজিন তেনজৈ।

রাংনা কারিনিখল কোম্না কুমথরকই ——
রানা কুম্লিনিখল রাংনা কাখৎলকই,
চৎলি থৈন্দুনা লম্বী অনী।

রাংল রাংলগা শৃর্গ নকই ——
কুম্ন কুম্নগা পতাল তম্মী,
থোঙজাও অনিতনি চংনবৈ থোক্লবৈ।

থোঙজিনবু কানশিললুর খোঙদাফম থিরুদে ——
শাজৈ থার খোঙকাপ লাউরকই,
নমদুনা ঈম্বোরকই খুর মীৎহুৎথোঙদা।

তীত্রোক মুন্নরি কংকুপ কংজাওলক্তা —
জগোই শারিবনা ঈথক্তুই ঈপোম্নক্তনি,
ঈরৈনা চিংশিল্লিনা শাফুদুনা হুম্বরোমদনি।

শাফুদুবু তেমশিংনা তোলেন্দুবু তম্নবা —
উরকই য়াম্ব্রিশিং মায়াগী লাংমিথশিংদা,
চীন্দম্লিঙৈ লফোই লতং ফমথক্তা।

১৫-১০-০৬

# অশিবগী মউন

কন্ন নোংজু অখাক অয়াওলক্তা —
নোংথাংনো তন্নে থাশিগী অহিং,
মরু ফুক্তখলি হুম্নিবা নোংলৈনা
নোম্বদুনা খাণ্ডি উপাল য়াপাল,
ফিজিদুদা য়ান্নরিবনি উচেক য়ায়া
নারক্তা ককণ্ডাওনরুদে শা কৈসু।

ককণ্ডাওননা চেল্লি নমথেজুনা তোর্ব্বান —
কোইতাও তাওই খোংবান লোকপান,
তোইতাও তাওই তোরৈলক্কী কাউশিং
শুমদুনা পুই ঈরৈগী মথানুংদা,
তুমখুন তালহল্লি ঈচেলগী মতমক্তা
ঙানদি ঈয়াক্লরুদে শুনামনিদুগী ঈথজুদা।

ইয়াকনদুনা লাউই থরায় অকংবশিং —
হুমগ্রে মহুম! পাইগ্রে থরায় !
নীংদোম পোম্মী শেঙ্জুনা মুনথিবগী
হীকনা তেংথাজে অহীংবা থরায়নদি,
শিথদুনা নোক্লি অশিবা থরায়’মাদি
মউন খুইদে ফোংলরিনি লোৎনা।

১৮-১০-০৬

# করিনো হায়রিবা পীবুক্কুংগী নম্বা

তীঙ তীঙ ! ... মমাগী নাউয়োমনুংদুদা ...
দ্রং দ্রং ! ... অরাক অখংনৈ ...
হৌদুনা চেল্লি ! ... খংপাক পাকথৈ ...
অখা অরাক ! ... অশিন অয়াক ...
উইশিন্দুনা খাঙই ! ... খুৎশানদি থোঙবদা ...
জ্রে জ্রে ! ... ঙকশমদনা কাজপ্পী ...
খুদুম শিংই ... হংঙা হংঙা ! ...

২০-১০-০৬

# লৈই অনী

হন্না য়েংনদে মান্নবা লৈইশিং ——
মান্নৌ য়াদে অহীংবা জীবশিং,
থিংঙমদ্র থরায়শিংগী লোইনাইদ্র খোঙচত্তা
লেং থৈনে মুক্তুনা চৎলিবশিং,
মীৎচিনদি ফল্লপ থাংলি খোঙথাংদুদা
মকুই লোনচত্ত লংজাই শাজথনি,
'দুবু —— হে মতমগী লৈই ——
চুমদ্রিং চুম্বা নঙতগী খোঙচত্তা,
মীৎকুপ অমৈ খোঙথাং অমত্তং
ফৈনা থাংখিবদা অহোংবা কয়া'মা ...
তুং ইননখি হৌনা হৌন্দুনা
খোঙচত্তু লেপত্রিঙৈ ঈগী ঈচেল,
অচুম্বা লৈইশিংদা অখোইবা অমগুম
ডিগ্রী কয়াই এঙ্গলশিং শেমদুনা,
পাউখোং চনগনি তুংগী মীরোলদা ——
"মারুভূমীগী লৈঙোই শেমপাকথত্তা তারি,
খোঙপাক অনীগীদি খোঙগুল অনী ...
মীৎয়েং রাংমদা অমনা অসুম ...
'দুগা —— অমনা মীৎয়েংগী পনথৈনুংদা
অনীগী খোঙ্গুল! মরি! ... তরুক! ...
হঙ্গৎ হন্দা করিনো য়েংলিবা ...
থিরিবা মনিদা থুদি থিদুনা,
ফত্তোকপা লাকনরি লৈঙোই উৎপুঙনুংদা
মনিনা ফুকলিব্রা ! মনিবু ফুক্লিব্রা !"

০১-১১-০৬

## মোং ইকাইখিবী

ভম-ভম ! ... কীছে ...
চোং-ফন ! ... হৈকোননুং ...
কে-কু ! ... লৈকুত্তা ... মালং' ... ফোং!

০২-১১-০৬

# নুঙগী থম্মোয়

লৈচীল নোংকাইরক্তনি য়াকচীংগী নোং ...
থেংল অহিং নোংয়াই ইতুদুদা,
মালংবনা শুমি উপাল য়াপাল
থা-থরালসু তংহল্লি মহাও অময়গী।

তীনফা লাইরোম্বীদি লূফেং লূফেং ...
উলেন্দুদা কবোনাপীসু মরু কোক্লে,
নীংঙাই চাউবী চীংগী হরীসু
মমাগী মথানুংদা কে কু ।

নোংথাং লৈমনা থেকনা খোইনা ...
খুৎথেক জগোই শাথেক্লা তম্লিঙে,
নাইতোম লোৎনা থুপচান্না য়েংলিবা
নঙবু কনানো — হে শারথী ?

কৌজেং হারৌসু তুমখুন তানখ্রবদা ...
করিগী চৎলি হনগৎ হন্দা,
করি লাল্লোং অমুক ঔরাইরিবা
কলিঙ্গা লানজাও লোইর মতুংশিদা ?

খুরক হাংদনা তারিবা অশিবশিংদা
খুদি থিরুদে চেষ্টরিবা ঈথেং,
করিগী উদে করিগীসু খংদে
চৈনাদু ফাওদ্রা নঙগী থম্মোয়দা?

মচী লোংবা নুঙদুমগী থম্মোয়ও —
নোংজু পম্বাই শাইজীনগী ঈচুন্না,
নাপল চাউরবা নচীদুফাও থুদেকঙমদ্রগা
খোঙচবুদা নদোম করিবুনো তেমশিংনরিবা ?

"নোংমা বসন্তগী ঙংঙ্গানবা অয়ুক্তা —
ফুগাইনা শাথলিবা লৈকোলগী লৈরাংলক্তে,
কোইতান তান্নরম্মী নোংজাবী মপৈশিংবু
ঐগী থম্মোয়সু হুমদুনা পুখি।

খঙনিংবৈ লাংতক্কর অপাম্বতনা থুমহৎলবা —
লমজাও খোল্ল লাম্মৈগী থম্মোয়,
উনগী খুবামনুংদা পাইশিনখি মংলাক্করিঙৈ
তাবুনুংগী তাংঙৈগুম শাখি জগোইদুম।

তঙা মাগী কল্ল ময়াইনা —
চেল্লি ঐগী শাগোল কারুবা,
মৈতোন্দুগী চামোরনা নঙ্গলদা ফুরকখি
চুপ্লি চিংখৎত্তুন্দুম শাজেবু থাই।

কুদ্রুক কুদ্রুক! কোইতাও কোইতাও ...
জগোই শারকই চেপথ চেপথ,
য়েংশিন্নদবা হুরবা মাগী মীৎয়েংদুদনি
ঐগী থম্মোয়না কোইতান তান্নরুরিবা।

কুন্দো পরেং অনীনি হুকপীখিবা —
অমদুম ঐগী ঙকশমদা হুক্রকখি,
লম্নক্কী নাগেশ্বারনি নাপ্পদুদা চিনবিখিবসু
মাগী ঈশৈন্দুম ঐবু শুম্বীখি।

শুক্রবা লোকচপ্তুগী কৌব্রুথক্কী শুরুংদুদা —
হৈনা হৈনা ! ঐনা তুংইনখি,
মানা ঐবু মখুৎমকনা চাউম্বীখি
তীস্ত্রোক্কী রাত্তিন! নোংয়াহীগী অমৃত্রনা !

অণ্ডনবা অয়ুকী তঙাংল অদরগুলাপকী ——
পোমশাংনরিবা লৈনাওম থোংলবা চীনবান্দুদনি,
থম্মোয়না থিরুরি অপাম্বগী কাইদোংফম
পুক্লিংগী নীংঙাইদুদা থরায়বুসু নাউওথীথি।

মরৌ চাউরবা ঐগী পুন্সিনা ——
মাগুগী মতম্বক্তা মোনথাংনথি মীংকুণ্ডুদা,
চীনবান্দুবু তান্নগদ্রা! মীনোঙ্গুবু ফাগদ্রা !
তুমথথিববু খণ্ডহৌদে! মঙলান্দদুম মঙলাক্লরকই !

—— ওঃ! ওঃ! নঙে! নঙে ——
ঐ নখোয়গী অতিথী নঙেনে,
ঐবু ফাগনু! পুন্সিবু তানগনু
ঐগী থরায় হীংলিবা থরায়নিনে।

— ভাইখো — তাখো নঙগীনিনে লল্লাউসে ——
উব্রা থকচিল্লিসে হুমাং ঈরিকশিং,
কংলদুনা লাউরবা খয়াংশিংশিনা মুন্নরিসে
নাম্বোকপা ঙমদবদৈনিনে থম্মোয় পান্দবীশিদৈ।"

উরে! খঙলে! খোঙথাংসে থাম্লনু ...
ইশ! কোরি চেল্লকলেনা চীংয়া-তময়া ...
নহাক অমুক্তা হাইবা ঙস্রা ——
মংলানগী তাইবঙলা তাইবঙগী মঙলানলা ?

০৬-১১-০৬

## খন্দ-প্রলয়ণী দানবীর

মা —— হীক —— নি —— পী ——
থাক —— পী —— থক —— পী —— নি ...
লুপ — পী — লোক — পী — নি — পী — নি — পী !

০৮-১১-০৬

# তুমখুন তাম্নিবা উনগী তুম্রেলদুদা

পুন্সিগী ঈপাক্তা মতমগী ঈচেলনা
পুথরক্লিবা কাওশিংনা শান্নরিবা কুম্মেদা,
শিথ শিথ নোকচরম্বা থম্মোয়দুনা
চীংখৈ ফিদুপ হাংলক্লগা মঙালদুনা,
কোক্তোন তম্না খোইদৌ নিকনা
হু তৈরবা তেনজৈনা তম্লকপগুম,
খারবা মীৎয়েংদা শংত্রিক য়েংলকপদি
খুৎশা খন্দুনা কদাইদনো য়েংলিবা,
খোংবীনা লৈমাইদা তক তক্লুনা
শুক্তোক্লুনা করিগী উইশিন্দুন্দুম খাংলিবা,
থারবা নঙগী ঈরৈগী নাহোংনা
য়োমশিমবিদুনা পোশিল্লিবদি নঙগী নথানুংদা,
খৌগংদুনা কেমলবা থল্লায়দুবু নাউথেম্নদুনা
নাউশুম ঈশৈগী তাম্বাদুদা শুম্লিব্রা,
শাফু কল্লবা মালং নোংলৈনা
হুমদুনা পুরক্লিবা মতমগী মোরানবী,
লোৎনা ঈরোননুংগী গর্ভবু তম্লিবা
তাইবঙগীদি মৈরীনা মৈরাইগনি কীদুনা,
অরা মৈশা পোৎলুম থারিবদি
মচু কয়াগী ফিজোল হোং,
অনৌবা মপোক্তা লাংওল লাংলরিবসু
নঙগী পোৎলুমনি কোকথোং নারিবা,
লিশাং শিৎনা অমম্বগী লৈহাওদা
পুবদা চোকথরবা নঙগী খোঙচত্নুদা,
খুইরবা উনশাগী লাউরবা তুখোংদে
গুম্না চেম্বরকলিবা হুমাং ঈরিকশিংদা,
ঙৌরবা শাইনোল চীংহি শম্বাল্লাং
কোম্বরকলিবা খ্বাংবুসু চৈসুনা গাকলৌননা,

পাকলা ঈপাক্তম মীথয়েংনা তান্নরিবদি
পুন্সি সন্ধ্যা য়াচংলকপা ঙকয়াশিদা,
লাউ খোংলিবা কাংগী কাংহৌশিনা
থাংলিবা খোঙথাংগী তম্নরকলবা খোম্বাংসু,
চেম্থরিবা ঈচেলদুগী ঈরৈনা থকচিনখি
কোরৌগী মৈশাবু ঙাইজবদা কংলকনরিবা,
ফমজিন্দুনা তুম্লিবা উনগী তুরেলও
রাকচীং থানা হুল্লাল্লকপসিদা লোৎনা,
ফৈজুপ শুপ মোনখাংননা য়াতারকলব্রা
মীৎকপ থোক্রো মঙালক্লরিবা তুমখুন্দগী,
নঙতগী খোম্লাংনি ঙাইরিবসে তাইবঙনা
হা কা থিনরিসিসু ঈচেলদুনি ;
নাপল চাওবা হীমালয় চীংজাওসু
দোল্লাইরেং পুবদা লরাই তাংলবনি ,
করিগী থিংজিললুদে নঙগী পুক্লিংনা
কৈগীসু ফাওরুদে নঙগী থম্মোয়দা,
মৈশাদো প্রলয়না মৈরাইরবা থরায়শিংগী
নঙগী মীৎনহাদা তারিবা মমিশিংসে,
কুম্মৈসিসু থুপখ্রগনি মীৎকুপসিনা থৈখ্রদি
নঙনা তৌঙমদবু তাইবঙদা তম্নরিব্রা,
নঙতগী মায়াগী ঈপাক্তুদা তাওরিঙৈ
থম্মোয়দবু থাগোল্লিবা নুংশিবদুনা থুমহৎখিদুনা,
পুন্সিগী খোঙথাং লুম্না থাংঙমদ্রে
সংসারদুদগী চোংথরকউ উগনি সংসার’মা,
ঈথক ঈপোম্না তম্নদ্রবা ঈপাক্কী
অকুৎ অতোং নাইদ্রবা ঈরোননুংগী,
অমম্বগীসু মমি তাদ্রবা তমপাক্তুদা
পলেম পম্বৌগী মাঙ্গোল খেনজোংলাংদা,
মনিং তৌনা থরায় কয়ানা
শেমজিনবা য়াওদ্রবা খুথেক তমদুনা,

জগোই শারিবসে ওয়গী ঈপাক্তুদা
করিগীদি মীহৌদ্রিবা শিথ-শিথ নোকপদো,
কৈদগীসু রাখলদুনা লামশিন্দুনা লানশিললুদ্রিবা
করিগীসু উগুমলুদে কোইরাওনরবা মীৎশনাদুনা ;
হীমালয় মাসু মোং হাদে
তুমিন য়ুংলিবা উচুং মাগুম,
নঙগী ঈংলবা খুৎশাশিংদুনা পাইশিনবদা
লরাই তাংলিসু তাইবঙগীনি নাচুংলুদ্রবনি,
নঙগী মেংলবা মাইথোংদুনা হুবিগ্রবা
বোন্দী ওইরবা মাগী থম্মোয়না,
মীৎকুপ'মত্তা খোঙকাপ নাউহুই পাংলুদ্রে
রাখল পরিং পনখৈগী রাংমদা,
ইঙাওদা ঙাওজে থম্মোয় পাথোকচৈ
মঙাও থিরবা মালংবা মানা,
নঙগী মীৎচিগী লাংদা থুরবা
লোৎনা তুমিন মীরক নারক্ত,
কোকখুমফিগী ফিজি খুৎশানা চিংথরগা
লেংদোংয়ানগুম লেংবান্দা তাইবঙ তাইয়োন্নহল্লগা,
লাইবকথক্কী শাইনোল নাপ্পদা য়েপশিনবিদুনা
শজিবুগী লৈহাওনা নাঈলগুম্না চীনবিরিসিসু,
নঙগীদি নাচোমও কয়াদা পেনজরিবা
শিঙেলগী লৈনমতনা খাউওন ওনখ্রে,
'দুবু —— কোরৌগী মশেক্লা তান্নরক্লবদা
তুমখুন তাল্লম্বসু মৈশা ফাওরক্তুনা,
মঙগ্রেম হাগেম্নরকলগা তাইবঙ ফাওনা
কোইনা চৎলিবা লমজাওগী হুইগুম,
হুরবা মীৎয়েংদা খানা য়েংলকলবদা
থৈদুনা চিংলকল পেনা চৈজীংসু,
খুৎথেক কাইরবা নঙগী শাথেক্তুনা
করম্বা ফম্বাক্তনো নঙনা উৎলুগদবা,

মখুম খুম্নবা ভালবনা হাংদোরকলবদা
থিংলবা তোর্ব্বানসু মদোম নীংখাইখ্রগনি,
মনীং তম্নকলবা ঈচেলনা কদোমদনো
হীরুবাক অনীদা য়োথহিং থাংলুবীও,
কৈদনো নঙগী থম্মোয়গী কাইদোংফম
পুন্সিদুগী কাইদোংফমদি খোঙচত্নুনা পুথিনি,
থম্মোয়দুনা থম্মোয়দুদা হক্লিবা দাকফমদুদি
থরায়গী ফিজোলদা থম্মোয়-লৈরাং হক্লিমথে,
মৈরী ফাওনা মৈফমদগী চেহ্ণোরকলিবা
সনাগী ময়েকনি অহীংবা ঈতিহাসতা ;
কাউজিন থিনসু করিগী কাউরিবা
নঙগী পুন্সিগী চীরবা খোঙচত্নুদা,
অয়ুক্কী লীক্লাদগী চীদুনফাও পুরকলগা
লবুক লমহাং চীংজাও লান্না,
মালেম খোন্না ফিরুক খুম্না
কোরৌগী মঙালফাও থৈয়াইননা থুপচান্নদুনা,
শকওং তোইবী অপাইবা লৈচীলনা
তাইবঙ শিঙ্খাদা কম্নাক কুরু-কা,
লৌনম চাওবা মালংবগী খুরক্তগী
মোইথেম তৌদুনা লিংথহৌরিবদুসু নঙতগীনি,
নঙগী ঈচেলনা পোৎলুমদু থাংগৎলুদ্রবদি
হীমালয়সু লরাই তাংলরোই মন্‌না,
খোঙ্খাং য়ৈরনি শুকলবা লোকনুংদুদা
নুঙকুপ নুঙজাওশিংগী অপুনবগী ঈশৈনা,
থোমগাইদুনা পুথখ্রগনি লম্মখাংগী পনখাংশিং
নপারি নমোমসু নতম্বাক্তা য়াত্তারক্লগনি,
তুমখুন তাল্লিবা তাইবঙ খোঙচত্তা
নুঙজাওদগী লৈঙোই ফোল্লি ওল্লক্লুনা,
পাগী পুগী খোঙগুল লিঙম্নগনি
পলেম নঙসু তাঙবল কাঙম্নগনি,

কয়াদি নিংথীরমগবা লাইনীংথৌ লাইরেম্বীগী
মদাইরেমশিংগীসু লাইবৌ জগোইদো লাইবুংথক্তুদা
'দুবু —— করিগীনো নঙনা তেমশিংননা
খ্বাংদা খ্বাংচেৎ মচি লাংদুনা,
মমাই লোংবা কজেংলৈ থোন্দুনা
অমম্বা লম্বীদা মীথচিদুনা মীতারিবা,
কুন্দো পরেং নত্তে হক্কে থৌরাংলিদু
ফাঁসি শগাইগীদি থৌরিদুগী কোঙোইনি,
নঙনা হাইগথলিবা থাঙশাংদুসু নঙঙক্তনি
ঈখেং থক্কে থৌরাংলিদুসু নঙগীনিনে,
রাহোং মতু থেথলিবা নতৌদুনসু
তুংইন্নবা ঙম্মোই অহাংবদা মালংবগী,
নখোইদৌ ফোইদৎনা নরিল থদৎচগনু
উইশিন্দুনসু উঙমদে মীৎনহাদা তাররিবদু,
নচী ফেংগনু নচী হৌদে
নঙনা ফেংলিবদু নঙগীদি নরাইবকনি,
বিধাতানা থিল্লিবা চন্দোলদু মুথৎঙমলোই
খুদুং ঈল্লিবা লীকলমদুদৈ থৈঙম্মোই,
মোইথেম তৌররিবদু মাগীদি য়েক্লবনি
থরায়গীদি লুচিংপুরেল অমম্বা তাইবঙগী,
মাত্তগী মতেংনা নোংমদি ঙমখিবয়াই
হীমালয় চীংজাওমকসু নঙগী খুজিন্দুনা,
শীংলি পাবল ফক্তোক্লুনা থদৎলগা
নঙগী ঈরৈগী শেগাদা চপ্তুনা,
থরায় পান্দ্রবা অকংবা উত্তুপক্লম্না
চরাম্নরবা হোরাই ময়াগী শৈজাথক্তা,
মখল মথেলগী প্লেটশিং খুদোললুরতুং
উৎকুপ তার উৎপুঙ ওলহনখিবা,
থরায়গী অনৌবা ফিজোল হোংফম্নি
নঙতগী মায়াগী থাকন খাদা,

অতোং অকুৎ কুপশিল্লবা ঈরোননুংদুদা
নীংথৌ পান্দ্রবা সনাগী তাঙবলথক্তা,
নঙনা মবেম্মানি মায়াগীসু ছায়াগীসু
মখোঙ তেকথ্রবা মখুৎসু তৎথ্রবলক্ত,
তাইবঙ কয়াগী থরায় কয়াসিসু
নঙগী খয়াৎনুংদা ওম্না শান্নজখ্রনি,
ঈরোননুংদগী লিখৎ চিনবান কাং
খোল্লাউ কয়াগী খোনথাংসু থক্তোরক্করোইদো,
হৌন্দুন্দুম তাবিদ্রবা ঈথক-ঈপোমগী ঈশৈদুসু
লোইনা তিনখ্রগনি মালং তরংদা,
ওম্না তামখ্রগনি নোংজাবী মপৈসু
শকওং তোইররোই লৈচীল মফোলসু ;
'দুবু হৈথরক্লগনি ঈগী নোং
লাইথুঙ পক্লবা মালংবগীদি তুখোংদগী,
লীন্দু চরোং নীকথরকলিসিসু নকোকথক্তনি
অমুবা হুনা হুল্লাল্লকলিসিসু ঈচেন্দুদনি,
নঙগী গর্ভনুংদা রাইখৎলক্লিবা লাম্মৈদুসু
ওমদুনা চাকলিবা নঙগীদি মৈগী-চীংনি,
চৈবী চৈথেং চৈফ়ুদুগী চৈনাখোলক্তা
লাউনা খোংনা হেদো হেরাকা,
খুজিন থুম্না থুম্না থিনজিল্লদুনা
শদুম শদুম ফক্লনবা নোঙ্গলু,
কোক্লেন কুপশিললু ইন্নফি ফিজিদুনা
কংনালপুল থোংগৎলু হিদেন্দুদৈ কাখৎলকউ,
চীংখোং তম্মু থাদোক্লম্মু চীংদোল
ঈপাক তাললু চীংদোল তম্মনবা,
নীংমাং শম্নরিবা নঙগীনি খোঙচৎ
উরুরু উংলিবা নঙগীনি চক্র,
চীংদোলদুনা রাংনা থৎলগনা ঈচেলদুসু

চাংজৌ নাইদনা লেপ্পাইদনা চেঙ্ঘুজে,
হংঙা মীৎকপ য়ুমথোংগী তাল্লিবী
মহৌশা ইমাগী নংথরক্নি অমৃত্রনি,
খুরক্তে লিৎথগ্রগনা মালং তরংদনি
ফিরুক খুম্নিবী পলেমগীদি পিরাংনি,
পলেমগী ফিরাং পোমফ্রি হোংননবা
লশিং কাপোন্দগী মফোল কাপ্পসি,
অশংবা ফিজোলদুনা মীৎলু চাম্নসি
মতমগী দোল্লাইদা লৈতেংলিবী কৈন্যাও,
উবা ঙম্নবা মীৎথুপ্তু ফাওনা
অতোং অকুৎনা তম্নরিবা তাইবঙপানগী,
তাংথক নাইবা লেপ্পাইদ্র খোঙচত্তুদা
মহৌশা ইমাগী ঋতুসু কাইররোই,
কুমথরক্রো থৈগ্রগনি নশাবীগী সন্নথোং
খোঙগুম্নক্রো দোল্লাইদুদৈ নঙতবুনি ঙাইনরিবসে,
শান্তিগী নাউগুমদুদা নুংশি-মোরানবী গুম্নরো
সন্ধ্যা য়াচংলক্লেনে চীংজুম লাইজ।

১০-১১-০৬

লোইরবা



## ডাঃ আইঃ এসঃ য়ুম্নাম

ডাঃ য়ুম্নাম ইন্দ্রজিৎ সিংহ্ খৃঃ ১৯৭২ দা লৌরেম্বমদা পোকই। শ্রীয়ুম্নাম মংলেমজাও সিংহ্ অমদি মেমা দেবী অনীগী মচানুপা অহলনি। কমনৱেলথ লিটরেচরদা পিঃ ঐচঃ ডিঃ ফংলবা অইবগী শিনফমদি ওজানি। নোর্থ ইষ্ট ঈন্দিয়া ফোরম ফোর ইংলিস ষ্টডিজ (NEIFES) গুৱাহাটিগী জোইন্ট সেক্রেটরিনি। নোহাখোলগী লাইফ মেম্বর অমা ওইনা সাহিত্যগী তাইবঙদা খোঙদারি।

*অইবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ*

১। The Fiction of Ruth Prawer Jhabvala
নৈনবা ৱারেং, ২০০৬)

২। চীংজুম লাইজ (শৈরেং, ২০০৬)

— নোহাখোল